সোফোক্লেসকী

# আন্তিগোনে

মণিপুরীদা হন্দোকচবা—
ডাঃ আই আর বাবু সিংহ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

সোফোক্লেসকী

# আন্তিগোনে

মণিপুরীদা হন্দোকচবা—
ডাঃ আই আর বাবু সিংহ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

অকোংবা—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাওনা বাজার রোড ইম্ফাল

অহানবা ফোংবা—
জুন, ১৯৭৩ ইং।
কোপী ১,০০০




মমল— লুপা ৩.

Rs. 3.00



নম্বা—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

চাউখৎলবা যুগ অসিদা ঐখোয়না উয়ে, যুগকী শায়োন কয়া। শকওং য়াম্লবা মীৎয়েংকম য়াম্লবা জগৎ অসিদা সাহিত্যগী শকওং শক্তাম্‌সু তোংঙান তোঙাননা উবা ফংই মণিপুরী সাহিত্যগী লমদম অসিদা মাইকৈ মরিমক্তুগী চেম্ন্নকশ ঈচেলসু .ফপ্প' কৈ'ত্রি নোং-চুপলোমগী সাহিত্য কন য়ম্ন' মণিপুরী সাহিত্যদা মমি ত'রে; অসিলসু নত্তনা অ৮বাদ তৌরবা লাইরিক কয়াসু লৈরে মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা গ্রীকী কাওরবা ড্রামা "আন্তিগোনে" কৌবা অসি অনৌবা খুদোল ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈদা ছাপচিন্নরি। লাইরিক অসি মণিপুরী এম, এ, দা টেক্স বুক অমা ওইনা জয়বগীদমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পুথোকচনকপনি। ডাঃ আই আর, বাবু সিংহনা য়াম্না নিংথিনা কুপশিন্না য়েংহনা মণিপুরী লোলগী কজবা শরুকসু য়াওনা পুথোকই।

হৌজিক, জে: এন: য়ুনিভরসিটিদা ওয়নবা লাইরিক পুথোক-চনকইবা অসি য়ামত্রবদা এম, এ, গী বিষয়দা অৱাংপা অমদি য়েনশিন্নে ছায়না থরে।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতম থরা চংগে। প্রেসকী খুদোংচাদবা, চে ফংদবনচিংবা কয়ামরুম লৈথিবদগী মতম চানা কোঙবা ওমখিন্তে। মরায়া য়ারোবিরোই হায়না লৌজে। অশোয়বা কয়া লৈরমলবসু মথংগী শারোন্দা শেমদোকচগনি।

ইম্ফাল, রজনীকান্ত সিংহ

তাং ১৬ | ১ | ৭৪ ইং জে: সে: মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

# লীলাদা য়াওবা মীওই

আন্তিগোনে }
ইসমেনে } ঈদিপস নিংথৌগী মচানুপী

ক্রেয়োন, থিবস লৈবাক্কী নিংথৌ

আইমোন, ক্রেয়োনগী মজাইবুংঙো

তাইরেসিয়স মীৎতাংবা ভুংগী য়া উবা ঙম্বা মী অমা

এউরুদিকে, ক্রেয়োনগী রাণী

কোরস, থিবস লৈবাক্কী প্রজা খর

নিংথৌগী লোইনবা, রাণীগী লোইনবী, পাউ পুবা মী অমা, শন্ত্রী অমা,

তাইরেসিয়সপু লমজিংবা নুপামচা অমা, সিফাই খর।

সিনঃ থিবস লৈবাক্কী কোন্নুং মমাং

---

থেবাগী অনৌবা নিংথৌ ক্রে.য়ানগী কোনুংগী মমাং। অয়ুক অঙন-বগী লংলবা মঙালগী মরক্তা অ'ন্তিগোনেনা ইসমেনেগী খুজেং পায়-রহুনা চঙলকই।

আন্তিগোনে। তারবরা, ইসমেনে, ইচেমগী ইবেম্মা নংবু !

হায়য়ু কয়া কুইনা মতৌ অস্তুম্না
নংবুস্থু ঐবুস্থু লাইফদিবীগুম্না শান্নবিরিবা
শিজ্রিঙৈনা মাঙজোননা হাৎতোকপীরবা ইবানীবু
লাইগী মফমদা কযারক হন্না শিংথিগদগে লমনসি !
হায়য়ু করম্বা অরাবা অমা, করম্বা তমঙনত্রবা
লাইনা শীল্লকপা অকিবা খুদোংথীবা অমা
লৈরিবগে ? লৈরিবরা হৌজিকস্থু ইবানীনা ফংননবা
অনৌবা মিংচৎ-থীবগী পাউ নত্রগা ইকাইবা ?
ঈদিপাসনা হুল্লম্বা তুগী পাম্বীহুদগী
লেমহৌরি করম্বা তুগী শরুক অমা ?
অতুগা তারবরা, অনৌবা নিংথৌগী অনৌবা য়াথংসি ?
নং নমীৎ উংথিরবরা, ননাতু' তাত্রবরা
নুংশিজরবা মকপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈদা তত্তনা
য়েরুবনা পীরীবা অরাবসি খঙত্রবসিবু তাত্রবসিবু ?

ইসমেনে। ইচে ইবেম্মা, আন্তিগোনে,
তাজত্রি ঐদি করিস্থু হৌরকলিবা অনৌবা ঈথকসিনা
কনাগী লৌনম্বাল কনাগী য়ুমকৈ থুদেকপীরম্বা
ইবুং অনীতুনা নোংমা চৎখিতুনা মখোয় অনীমক্তা
অমনা অমবু হাৎতোকচবা ফাউবা লাম্থেংনথিবতুদগী
করি তৌগ্রবগে মখাদি করিস্থু খঙজদে ঐদি।

ঙরাং অহিংদা আর্গাইবকী অতিথি অদু
চাকনিবা ওইনা চৎথ্রে হায়বসি নত্তনা
ঐহৈংনি খণ্ডজনে ঐদি অতোপ্পা।

আন্তিগোনে। অদুবুদি খঙডি ঐসু. অদুনা নংবু
ময়াম উহন্দনা তুমিন্না পুন্নকলিবনি মফম অসিদা
হায়নিংদুনা কন্নিগুম্বা খন্নদং।

ইসমেনে। করি হায়নিংলমগবা নংনা খঙদে মাদুদি।
অদুবু নংগী অশংকপা পিশুম্ অদুনা তাকই
পুকনুংদা অন্নাবা ন্নাখলগী লৈচিলনা থুমলি হায়বসি।

আন্তিগোনে। ইবুং অনীদুগী ন্নানি ঐনা হায়নগদোব্রিবসি,
ক্রেয়োনগী য়াথং মতুংইন্না ইবুং অমগী অশিবা মশাদুদি
নিংথৌগী হৌনবী মর্য্যাদাগা লোয়ননা
ফুম্বা য়ারে, অতোপ্পা ইবুং অমগীদি
ফংবা য়ারোই হায়ন্নি অধিকার অসি।
এতেয়োক্লেসকী অশিবা মশা অসিদি শিন্নবসু
নিংথৌগী অশিবা হকচাংগুম্না থম্বা য়াগনি,
অদুগা পোলুনাইকেসকী মফমদনা কন্নম্বা মর্য্যাদা?
শিরবসু মঁচাক্তি শান্তি ফংলোই, তাদুনা লৈবা
তাববা লম্বী-লমখাংদা? কনামতনসু মহাক্কী
অশিবা মশা অসি লম মচেৎ অমদা ফুম্বা য়াব্রোই,
পীথকপা য়ায়োই ঈশিং য়াউম্ অমতসু
লাউথোকপ্রে অথৌবা ক্রেয়োননা। হায়বদি,
ও, পোলুনাইকেস মহাক্তি, মমীৎ থৌরবা লঙজাতনা
শেন্নদুনা লৈবা তাগ্রবা, ওইবা তাগ্রে
নংগী হকচাং শাহিং চান্নবা লঙজাগী চিঙ্গাক,
মসিনি নিংথৌগী য়াথং নংনা ঐনা খঙননবা।
নিংথৌ মশামক লেংলক্লম্বনি হৌজিক্তা

মফম অসিদা অসিগুম্বা য়াথংসি খঙহন্নবগীদমক
কনাগুম্বনা ইন্দ্রবদি অসিগুম্বা য়াথংসি,
পৃথিবী অসিদগী মহাকপু থাখিগনি অশিবগী লমন্দমদা,
লম্বীদা লমজাউদা থাহনগনি মীয়াম্না মাগী মশাদা
পাম্নবা মুঙ, লৈতুম কয়া কয়া।
অসিগুম্বা পাউ অসি করি ওইবা নংঙোন্দা
য়াম্না খঙনিংলে ঐহাক, খঙবা পামলে ঐহাক
নহাক নংগী পোকফম-পরিচয় পীওমগদৌরিবরা
নিংথৌনা পোকচবা নিংথৌ মচানুপীরা নহাক, নত্রগা,
মীনায়শঙগী মীনায়নুবীরা উৎহন্নিংলে।

ইসমেনে। করিনো ঐনা তৌওমগদবসিবু ফিবম অসিদা ?
তেংবাংবা ওমগদ্রা করিগুম্বা খরদং
নত্রগনা, শীংনগদবা ঐহাক নিংথৌগী য়াথংসি ?

আন্তিগোনে। হায়য়ু, নহাক থবক অসিদা ঐগী ম্যোয়নবী
ওইবা ওমগদ্রা ?

ইসমেনে। করি থবকনো ?

আন্তিগোনে। অসিবা হকচাং অদু খুংগৎতুনা পুরকপদা
পাংবা তাই ঐগী ইতেং।

ইসমেনে। অশিবা হকচাং অদু খুংগৎতুনা পুরক্লগা
ফুমগদৌরিবরা নংনা মাহুবু নিংথৌগী য়াথংগী মায়োক্তা ?

আন্তিগোনে। ইবুংনিনে মহাকসি ঐগী, নংগীসুনি,
আইন-শীংনবা করিগুম্বা কিরবসু নংনা
কিদে ঐদি করিসু।

ইসমেনে। ক্রেয়োনগী য়াথং ইল্লোই হায়রবদি
নহাকপু ঙাওরবরা ?

আন্তিগোনে। ঐবো, ঐনা হায়রিবসি ইমু,
মহাক্কী করি খুৎ থিংজিনফম লৈ ?

ইসমেনে। ইচে ইবেম্মা, আন্তিগোনে, নিংশিংঙু,
ঐখোয়বু পোকপা পাবু ছু কম্‌দৌনা মাঙখি হায়বা ;
মশানা মশা মতে.'মংবু মৱাল পীজখিবনি মহাক
মীনা হঙ্গোইনখিবনি সন্মান ফংজখিদ্রবনি
মমীৎ উখিদ্রবনি ; মশাগী মথুৎতুমকনা
কোৎথোকচখিবনি মহাক্কী মমীৎ অনীমক ;
অংগা মহাক্কা মতম অমদা মাগী মুপীসু ওইয়ম্বী
মমাসু ওইরম্বী অহুমু, মতম চাদনা খঙহৌদনা
নোংমা থৌরি কোঙ্গোই হূক্‌চিন্দুনা মঙকশমদা শিজখিবনি।
খল্লুদো নংসু, মুংডাইবনা তুংওইনবিগ্রবা ইবুং অনীহুম
লানগী-মাঙন-মৈথুরক্তুদা অমনা অমবু
আত্মাঘাত তৌহুনা ( হাৎতোরুহুনা ) তুম্মা মাঙগ্রে।
য়েংঙু ঙসিসু কবিগুম্বা ইবানীনা
ইন্দ্রবদি নিংথৌগী য়াথংসি, ইবানীসু
শোয়দনা ফংগনি মখোয়গী মৱাইবকতু।
আন্তিগোনে, ঐখোয় অনীমক পোক্লবনি মুপীগী মপোক্কা,
মুপীগী মপোক্কা পোকপনা পানবা য়াদে মুপাগা,
ঐখোয়গী ইথক্কা পাল্লি মুপানা, অহুনা ঐখোয়দি
প্রজানি মখে য়গী, অরাবা পুম্বা খাঙবা তাই,
অখাঙকনবা য়াখলগা পূকচেলগা লোয়ননা,
অশিবগী লমদমদা য়োগ্রবা মখোয় অহুগী মফমদগী
নিজকববুদি ঙাক্‌পীবা, ঐদি পামজৈ থোয়না হেন্না
হিংহুনা হৌজিকমক পাল্লিবা মখোয় অহুগী মফমদা
চঙজবনা য়িগী মতৌগুম্না, মসি নত্তবা
অতোপ্পা লম্বী চংপদি ওইরোই অচুম্বা য়াখল।

আন্তিগোনে। ওকলে, তোকলো। মতুংদদি করিগুম্বা মতমদসু
পামজদ্রে মংগী নতেং, ঐগীদমক্তা থোইনা অফ-ফত্ত খনবীগনু ;

ইবুংগী অশিবা হকচাং অসি শোয়দুনা ঐহাক
ফুমহুনা পীগনি মোংফমগী শান্তি অদু
মাহুগীদমক্তা করি গুম্বা শিবা তারবস্থ ঐহাক
মাহুস্থ কৈ, মাঙ্নবু হেন্না লেমনিংঙাইহনি।
ঐনা চুংশিজরুবা মহাক অহুগী মনাক্তা
অরা-অনা রাখল য়াউদনা পোখাজরুগনি ঐহাক।
অহুগুম্বা মীশি অহুনদি হেন্না পামজনিংঙাইহনি।
ঐনা সুংশিজরুবহুনা সুংশিবীরমগনি ঐবুস্থ।
শিরগা ঐহাক লৈরুগনি লৈবাক মখা অসিদা
অহু ওইরবদি করিগী ইন্নুগনি লৈমায়থক্তা লৈরিবা
মখোয় অহুগী য়াথংবুদি ? তৌ নংনা অপাম্বা মতুংইন্না,
ঈশ্বরগী মফমদদি অশেংবনি হায়রিবহুস্থ
পাম্নবদি অহুম হঙ্গোইয়ু করিস্থ কায়দে ।

ইসমেনে। হঙ্গোই-ভুকচবদি নংতে ঐহাক, ঐনা হায়বদি
নিংথৌগী অকনবা শক্তিবু থওইদনবা
ঐডোন্দা লৈজদে শক্তি, পাঙ্গল হায়বতনি।

আত্তিগোনে নশাবু য়োকচনবগী কঞ্জনবগী রাখলহু নহাক্তি খঙডি,
ঐদি খঙদে মাহু, ঐনা সুংশিজরুবা মহাক অহুগী
ব্রততবুনি ঐনা খঙজবদি।

ইসমেনে। লাইবক থীরবী, সুংঙাইবা ফংজদ্রবী ইচে ইবেম্মা,
নংগীদমক্তা রাইদা ঐগী থম্মোয় অসি।

আত্তিগোনে। খল্লু নশাগীদমক ঐনি হিংলিবনি
লাইবকনা তম্নবহু চাবগে হাযনা।

ইসমেনে। ফংহনখিবা য়াদে ইংগিৎ ফাউবা নংগী রাখলসিগী
মীতোপ অমগী মফমদা, ঐস্থ হায়দোকলোই কনামতদস্থ।

আত্তিগোনে চৎলু চৎলো খঙহল্লুচো, অঙাং-অহল খুদিংমক্তা,

নথৌনা লৈরবদি, নংবু লাম্না লৌরোই মাহুগীদমক্তা।

ইসমেনে। নংগী থম্মোয়দদি চাকলি শারবা মৈনা
পাওথোকনিংবনা উনমুক ইওলবা থবক অসি।

আন্তিগোনে অহুনি ঐস্থ খঙাও কনানো ঐনা ওপন কংতুনা
অ.শীব্বাদ ফ নবা হোংনগদবনো হায়বহু।

ইসমেনে। ওইথোকপা যাদবা থবকনি মাহুদি,
অসিগুম্বা যক্তগী মৈমু দা থিংজিন্দুনা নথুংতু চাকথেকহনগম্থ

আন্তিগোনে মহুবু ঐহাক মুংলরোইদবা যক্ত অসিগী
মৈরিম্নুংদা চোংশিন্দুনা হোম তৌহুনা কংকনি ঈশাসি

ইসমেনে। লম্মৈ-থানবীবু ফানবা কন্বিগী থৌবাংলি,
খঙন খঙনা কন্বিগীনো নংনা অরান্বা তৌগদৌব্বিবসিবু ?

আন্তিগোনে। নহাক লেপত্রেদনা ? অহু ওইববদি নহাক অসি
ঐগী হঙ্গোইফম ওইবদা নত্তনা ওইরগনি
অশিবা মীওইবশিংগী হঙ্গোইনফম বিষয়স্থ,
অশিবনা শাউবদি কোকতবনি মতম পূম্নমক্তা।
শিজখিগে ঐদি অমম্বা মরক্তা লুপতুনা কনানস্থ খওবীদনা,
অমম্বা মরক্ত' শিজবা ঙমলিবমথৈ ঐনা ঐগী নিম্নতিনি,
অহুগুম্বা মীশি অহুদি মপালৈতবা মীশিনি।

( আন্তিগোনে থোকখি )

ইসমেনে। চংলো, থাম্বা য়াদ্রবনিনা নপুকনিং অনী লোওদনা চুমজিংনা,
ন না মুশিজকবা অহুগী মনাক্তা, মহাক্সু নংবু
মু শিবিরম্‌সনু পুকনিং শেংনা ন না মাদু মুংশিজবগুম্‌।

( ইসমেনে থোকখি )

( মুমিংক' মঙালনা পূমলং লংলে। থেবা নগরীগী নহা
ওর্‌মাঙাখক চওলক্নুনা কোরসকী ঈশৈ শকহ )

স্থায়ী। অমা/.

বৃহস্পতিগী অহানব পোক্পদা, ঙু থিলগী মতাম্মা শীঙ্খংখি থোইনবু।
খোল্লাউনা মাগী খাম্বাং তরেংনা, মতাল তরেং ওইনা কোকহনখি মদবু।
ভুমিৎকী চেংলম্বা মত'ম, নিং থকহন্না হান্নিবা মতাম
পেরা নগরীগী থোংডলোন তরেংমক্তা মতাংলগী মৈরি ওইরিবা
দিক্তা ভুবেনগী ঈশি দ্রু দাদা বা সনামচু মাংলহল্লিবা,
লৌনা ছন্দোবকুলিবা চাওরা নবা কুহনা লৈতেলিবা অলিমপন।
অ'ক-শকুন্নবা যাংলবা মা গোংই শগোল তাং লক্তনা
অঙৌবা চু গোংই খুংডা পাযরভনা হ গোংই তুজু নবরা মী ওইৎপা-ওইনা
মহাকপু ননা কবিগু লৈতনা মক ফুকতোকুনা
ছন্দোকপিথিবনি আর্গেসতগী খোংডহৌরকপনা।
পুবকখি পোলুনাইকেসনা য়েরুবগী চারা
খীকখিবনি মহাকনা ভুবেলগী ঈ লবা লাইজ
হকচাং কায়াৎ খুদিংদা মহাক্কী পোকখি মতম অহুদা
লাওজ্বা ঈগল কৌবা উচেক্কী অরাম-খোঁরাং অহুগুম
নোংগী অকনবা খোঙ্গেলগুম্না হৌনা হৌনা খোংখি
কদাইদা লৈথ্রে ডম্না শগোল-শামৈনা লৈতেংনরবা
অঙৌবা চু-গোংই খুং পাইনবা মাগী লাম্বী কাংবৃত্ত!

অম্বরা। অমা

ইপা-ইপুনা শেম্বীরম্বা থোংডলোন তরেৎ ফাংলবা
মহানগরী অসিদা হল্লকই মহাকনা অমুক
ঈতবু খৌবাংলবা পোংথাদ্রবা মী ওইগুম্না
মথুং অনীদা পাযরিবা মৈবুলহনা পাংখক্নি
মরাং মরাংবা কবেংকৈগুম, মাতুগী ভাবংবা মৈঙালতনা
নমহ কে থৌরাংখি রাজমুকুটকী অরংবব!
ছন্দোকুনা চেনখ্রে থাপনা ইহলীলা অসি।
শোক্লখি ওরাং অহিং অকিবা ফংলবা লান অমা
অহিংগী মতমদা মিপাইরবা লিলশিংনা

কিনা খাওজবগুম লাইরেল 'লাকলে উরবদা।
অশিংবশিংনা উনৈ তত্তনা বিষ্ণু মাগী অথোইবা খুত্তম্ু।
নোংমদোম্বক্তা মীংসিনা. শীনম্খিবগুম্না শীনবথুংনবু।
হিবণ্যাক্ষবু নৈতংখিবা জয় ওইসনু নহাক্কী জয় ওইসন্নু।
মানা তাবকপদা খুদক্তা, তুরেম্না সনাগী মচু লৌখি।
মাযথীরবা লংম্মী চংখ্রে মচোই-মচোই কাপানাসম্ব চঙখ্রে
অশাঙবগী মৈনুংদা

স্থায়ী। অনী

মরাইবক থিববা তাইবং মপোক অসিদা হিংনা হিংনা অশিবগুম লেনথ্রবা
অহানবদা, অহাংবা শুন্দ্র, অতিযা মকোয়দা কোইতাউ তাউনা লৈরম্বা
মতুংদা নাম্থোক্লুনা তারকখিবা তাম্ভালসকুমনা
তারকখি মহাক, প্রতিধ্বনি মক্তনা নীকখি পৃথিবীনা
যুগী নেশানা ডাওহল্লহুনা, খুংতা পাযবহুনা মৈগী মৈবুল
চংখিবনি মহাক হংগোই-তুক্কচবগী পাউজেল পুরহুনা।
ইন্দ্রগা মান্নরবা কম্থোবদা আরেসনা
দণ্ড পীরগে থল্লহুনা পাপী অসিবু
কৃষ্ণাচতুর্দশীগী পান্দমগুম্না মমহল্লহুনা নিয়তিবু
থৈদোকহনখিবনি মরাইবক; যেংতা চাবা শগোল্গনা
ম ইকৈ মরি শীম্থ্ুংনা খেক্লা লাউনা চেনবগুম্
মাইথিববা কাংবুগী নোংদম্বগী অরাবা।
থে ঙজাউ তরেংমক্তা ডাকলমলিবা সোনাপতি তরেংতুম্বু
ক খি মথরাই মাযোক্লবা লানফমংদা
শগোলতেং বা লাম্মীশিং থাদোক্লুনা থাঙশাং, চুংগোই
চঙজখি মথরাই পুরহুনা লানঙম্বগী খুয়াদা;
হুপা অনীথক্তুংদি মপা মমা অমতগী মচা ওইরবস্থ
শীংনহুনা চীংনখি মথুংতা পায়নরিবা তা অনীহু

থাদোক্লখি মথরায় অনীমক অমনা অমগী মখুৎতা
মতৌ অসুম্না লোইখি মখোয়গী পুনসিগী খোওচং
য়োৌখি অনীমক যমগী মনাক।

অসুরা। অনী

হল্লকলে হৌজিক্তি থেবা নগরীদা
তোংলহনা মোমোন মিনোক্কা দোলাইথক্তা
অসে অয়ুকহু লৈচিন-খেংনা রাংবী জয ওইবগী মখেম্মাসি,
কাউথোক্লসি মমাঙগী চৌথিবা রাফম পুন্নমক
লাকচসনু হৌখিবগী নীংশিংবহু অকনবা মৈচাক্কা লোয়ননা
মাঙপ্রসনু মাঙখিবগুম মকু-মঙগী অরাবহু
অহিং-শাংবা য়াতাবা, মুংঙাই ভূমথুন মরক্তা।
থিরুরসি ঐখোয় ঙসিদি মন্দির খুদিং চঙহনা,
শাংলবা অহিং অসি শরুহনা কোরাসকী ঈশৈ;
থেবা নগরীগী লৈমাই অসি সুরনা শোকপদা
তনিক তনিক্‌পগুম, তনৌ তনৌরিবা নায়ক বেকসনা
লমজিংবিসনু ঐখোয় পুম্বগী মাঙ-থানা।

সূত্রধার

লেপলো শকপা ঈশৈহু, লেঙশিল্লকলে নিংথৌশিংগী নিংথৌ
মেনইক্সিকী মজাইবুংঙো কুমার ক্রেয়োন,
বিধিনা শিল্লরকপা অরাবা থবক অমা
পাঙথোকপা তারি ঙসি ক্রেয়োন্না, মখুংনা।
ঙসিদি শোয়দনা মহাক লেঙলকলিবনি
তাল্লনীংহনা অরুবা রাফম কয়া
ঐখোয়গা লোয়ননা নিংথৌগী অচেৎ-অকোম তাল্লবা য়ারবা।
(ফিজেৎ-লৈতেং মপুংফানা তৌরগা লোয়নবা মী অনীনা ইন্নরহনা
নিংথৌ ক্রেয়োন চঙলকই।)

ক্রেয়োন। খুকমজবি নখোয় পূম্নমকপু, খণ্ডলবনি পূম্নমক নখোম্নদি
ঐগী লৈবাক্কী চিমাই চুমলিবী অসিনা খুদোংথীবা মরক্তগী
লৈবাক্কী চি অসি নাল্লবা নুঙলক্তগী লুপলি লুপলিরম্লবা
রানা লুপহন্দনা তে'র্ব্বান যৌনা পুরকলবনি ঙসি;
জ্ঞান লৈরবা বুদ্ধি লৌশিং চঙখোল্লবা নখোয়বু
কৌরিবগী মরমন্থ ঐনা খণ্ডলবনি নখোয়।
ঙসিদি লৈরি নখোয ঐগী প্রজা ওইনা
পৃথ্বী শীন্না ফাওরবা নিংথৌ লাইয়স্
মথংদা যুক্তরাজা লিংখংখিবা ঈদিপাসকী মথাদা লৈরম্বগুম।
মখোয় অনীমক নোংগাপ্রবনা, হৌজিক্তি
নোংমতদা ময়া অনী লোঙ্বা বিধাতাগী থাওহায়দা
অনীমক মচিন-মনাউ অমনা অমবু হাৎতোক্লহুনা,
ময়াম পূম্ননক খংলিবনি, ঐনা অনকপা শাগেগী ফংফমথোকপা
উত্তরাধিকাবী ওইনা ফংখিবনি লৈবাক-রায়েন চুপলি।
ফরে, মসিদি মহৌশানি চেনবা য়াত্রবা।
অহুবু নিংথৌগী রাজশক্তি হায়বসিদি
অসিতা নত্তনা কনাগুম্বা মীওই অমগী শক্তিম্বনি
পরীক্ষা তৌদনা য়েংদ্রিবমথৈ মাগী শক্তিগী প্রমাণ পঙদে
নিংথৌগী মচা ওইরবস্থ কনাগুম্বা মী অমা
অচুম্বা, অফবা নীতিসি চ'ত্রবা, লম্বী য়েংদ্রবদা
কিবদগী নত্রগা পাঙদবদগী ছুনিম্না লৈরবদি
মীগী মরক্তগী মীথোই-মীহেন্ ওইরবস্থ মহাকপু
কৌগনি ঐদি খ্বাইদগী তোল্লবা মীনি হায়না।
কনাগুম্বনা লৈবাক্কী রাজমদগী মরুপ-মপাংগী লিপুম্না
তেম্না লুনা নিংলবদি মহাক অহুবু ঐদি
মীওইবগী মরক্তদা নত্তনা পৃথ্বীগী মনুংদা শীংথাবা য়াওরোই।

পূন্নমকপু খণ্ডলি-উব্বিবা বিধাতানী খণ্ডবা-উবা ওইসন্থ !
মনমতা কংবদা খজিক্কং ঐগী নগরী অসিদা
লিন্দুগী মশক লৌব্রবা অমাঙ-অতানা চণ্ডলকপগী
কমচুনা লৈথোকলোই ঐহাক তুমিন্না খণ্ডশিন্নদনা।
ঐগী প্রজাগী, লৈবাক্কী য়েকনবা মীশক অচুদা
দণ্ড পীবদা ঐহাক খক সুংনাংবা ভৌয়োই।
ঐগী লৈবাক্কী ভাগ্যগী হি শেন্নবিরিবী
অসিগী হিথক্কা কাখৎচুনা তোংলগা
অন্না-সুংঙাই অনীমক্কা মাঙগী সমুদ্র অসি লানমিন্নবদা
তেংবাংলবা মখোয় অচুতবু লৈবাক্কী মরূপনি খনগনি।
মসিনা অচুম্বনি খল্লচুনা, অচুম্বগী লম্বীদা লৈরগা
অয়েৎপা, অপন্‌বগী তিংখংচু লৌথোকখ্রগা লানবা তাই ঈপাক অসি।
য়াথং অসিদি শিরবা মী ফাওবা ইনবা তাই;
থৌনা ফবনি এতেয়োক্লেস লাম্থেংনখিব। লৈবাক্কীদমক্কা,
ঐগী নগরীগীদমক্কা শোক্লখিবা মৃৎনাইদ্রবা লান,
ধন্যনি এতেয়োক্লেস—মহাক্কী থরায় য়াওদ্রব' হকচাংচু
নাগরিক খুদিংনা ধূপ-থাউমৈ, মনম-সুংশিবা চন্দন, লৈশবেংগা লোয়নন
থরায় য়াওনা ফুম্বা চুম্মী, লৈজবা সম্মান উৎচুনা
পূন্নমক্কী চীন্দা শকপা চুম্মী, অরাবা ঈশৈ
মাগী মক্তা তেংথাচুনা থম্মোয়-শোকপা রাহৈনা।
লৈবাক-নিংথৌগী মায়োক্তা লানহৌখিবা মরৈবাক্কগী তাম্মোকখিবা
পাওদবা অয়ম্বা, মরৈবাক্তা হল্লক্লগা লোন্না
মপা-মপুনা থম্বীরম্বা সনানা, ফুদোংলবা মন্দিরবু থুগাইরগা
তারকপা ঈতনা শাগৈ-নাতৈ হাৎপগী
মশাগী খৌন্নাংবা কোক্হনগনি থৌরাংলম্বা
মীনায়রগী থাক্তা লংথগে খল্লম্বা পূন্নমকপু,

তারো ওসিদি লৈবাক প্রজা পুম্নমক, পাপী পোলুনাইকেসপুদি
ফংহনবা য়াদে অশিবগী ফ কম থোকপা অধিকার,
ফুম্বা য়াদে মাগী অশিবা মশাক্থু,
শিন্থবা য়ারোই কনাগীস্থ মমীগুগী মাপীদমক পিগী মরীক,
মহাক্কী অশিবা মশাক্থু হুদোকুনা থমগদবনি,
মচিপ্লাক ওঃজনবা হুই লমহুইগী,
নোংথক্তা পাইবা লওজা কাকনা শেং শেংহুনা চাজনবা।
মসিনি ঐগী অরোইবা পৃকনিংগী অপাম্বা।
ঐনা নিংথৌ ওইরিবৈঙদদি
শয়তান মীমুখাও অমতা পীরোই পোথাকম কন্নাইদস্থু।
লৈবাক্কীদমক্তা পুম্নমক কংথোকখিবা মখোয় অত্তুদতা
হিংলগা পীগনি মনা-মথুম, পজেং ফিরাল, শিরগনা সন্মান শহীদকী।

সূত্রধার নোংগাপ্রবা মেনইকিসকী মতীক্চারবা মজাইবুংগো ক্রেয়োন
ভাকউ চপমান্নুনা নংগী য়াথং য়েক্নবা মরূপ থায়দনা,
লৈঙাকলোন চুম্না চংহনবা হায়বসি নথৌনি নংগী শোরফত্রবা,
অনীমক্তা খেন্নবা লৈতনা অশি-য়াকুম্প্রবা, তাইবং চীঙাক চারিবা।

ক্রেয়োন। তাকপিখ্রিবা রাফমসি তাহনবিগনু অরেম্বদা।
সূত্রধার। থবক অসি পাঙথোক্নবা চঙভি নহা মীওই অমা।
ক্রেয়োন। ভাকশেন্নবরা অশিবা হকচাংহুবু?
মীহুগীদমক্তদি থাপ্তে হান্ননা শাস্ত্রী অমা।
সূত্রধার। অত্থু নত্তবা কবম্বা থৌরমগীদমক্তনো
তাকপীরিবহু ঐখোয়দা?
ক্রেয়োন। কনাগুম্বনা শীংনরবদি আইনবু রায়োগনি শোয়দনা।
সূত্রধার। কনাস্থু লৈতে অশিবা হকচাংবু কোন্দুনা লৈগদবা।
শিজবা নত্তনা মহাক্কী অতে লম্বেল লৈত্রবনি।
অত্থবু অয়ানবা আদর্শগী লমজিংদা কনাগুম্বনা

মঙ্ মঙ্‌হুনা অশিবগী খায়ত্তা হেক হেক তাবয় ময়াওই।

( শন্ত্রী অমা চঙলকই )

শন্ত্রী। মহারাজ ইবুঙো, হৈগ চবোই ঐহাক অন্নুম্না,
'চেঙ্গরকপনি ননাই ঐ ঋর ফাঙবা তোন্দনা"—
হৈংগৎচগে অচুম-অচুম্বহুদা, ননাই ঐহাক পুকনিংদা খনখি মঙন্ মঙন্,
খোঙগী খুনীংনা খামখি ঐবু হন্না হন্না,
পুকনিংনা হায়খি হঙ্গাননাঃ
হে অপঙ্‌বা, লুপত্তুনা শিরগেরা চেনশিল্লিবহুবু অহুমনা
নাক-য়েং মাঙ-তুং য়েংনা করিগী চংহে,
করিগীনো অহুক তহা তহারিবরু ?
নয়াইবক্তদি ইহুনা লৈরে বিধাতাগী ফংত্রবা মহে,
করিগী হঙ্গানরি? চংলু চঙশিল্লু, কনাগীনো মশাইদা,
করিগুম্বা তাখিবা থোরবদি ক্রেয়োন্না রাফমসি
কনাগুম্বগী মচীন্দগী, লৈররোই ননমদা উনশা অমতস্ত।"
খন্না খন্না লাকচবনা হুমাংগী ঈরিক্লা পুনচোং চোংলহুনা
তেনথ্রবা লম্বীসি ওইথ্রবনি শাংথ্রবা লম্বী,
থেঙ্‌খিবনি য়োজরকপা সনা নাক্তা অস্তুক ;
হৈংগৎচগনি লৈজবা পুন্নমক, অহুবু করিনো হৈংগৎচগদবসিবু
করিবু লৈহৌরিবগে নত্তনা লেঙ্গবা ইরাইবকসি পুরহুনা।

ক্রেয়োন। হায়রু তাসি করিনো নংনা অস্তুক কিরিবা রাররহু ?

শন্ত্রী। মহারাজ, লৌবিগনু অপরাধ,
হৈংগৎচগে অহানবদা ইশাগী রারম খরদং,
তৌজখিদে ননাই ঐ থবক অহু ঈখুংনা,
নত্রগা, মাহুবু পাঙথোকখিবা মীশিং অহুবুস্তু
উজখিদে ঈমিৎসিনা, লঙজরুন্দবনা করিগুম্বা ইরাল
ফংফমু থোক্তে খল্লি করিগুম্বা দণ্ড ননাইদি ?

ক্রেয়োন। খওলে নংসি ৱাঙাং-ৱাতা হৈবা মীনি হায়ৱবা,
শেম শাহুনা ভাংবস্থু হৈ হায়ৱবা খওলে শে'না
শেংনা চুমদ্রিংনা হায়দোকলো কৱিনো
নংনা হায়নিংলিবা ফত্তবা পাউনি হায়বহু ?

শন্ত্রী। ফত্তবা পাউনিনা, হংগৎপা ভমজংদ্রে খুয়াখাদা।

ক্রেয়োন। ৱায়াম শ্দনা, হায়য়ু নংনা হায়নিংবহু শন্না
অহুগা চংগ্রো হন্না নংগী নথোদা।

শন্ত্রী। হংগৎচরগে। হৌজিক্তা কনানো অমা লাকলমহুনা
অশিবা হকচাং অহু হৌনবী মতুংইন্না
লৈ-শু ধূপ-থাউমৈ থারহুনা, চাইখৎলহুনা মথক্তা লৈভোই
হৌনবী নিয়ম মতুংইন্না ফুম্লম্লে মফম অহুদা।

ক্রেয়োন। কনানো থৌনা ফবা অহুবু করিনো নংনা ভাঙ্লিবসিবু ?

শন্ত্রী। মহারাজ, খওজদে ননাই ঐ। কৱিগুম্বা খওবা য়াবা
খুদম্ অমতা থনমদে মীশক্ অহুনা
কৱিগুম্বা য়োং মু শিজিন্নৱম্বগী, লৈমায়থক্তী নাপী ফান্দোক্লম্বগী
খুদম্ অমতস্থু লৈৱমদে, লৈৱি লৈমায়স্থু অক'বা লৈমায় ওইনা
য়োৎনা তৌথোক্পগী খুদম্স্থু লৈতে, ওন্থোকনা চেকশিন্না
পাওথোকলম্মী থবক অহু অশিবা হকচাং অহুবু
হৈশিংনা কুপশিল্লম্মী উফুলগী মকুপ মকুপনা
শোকলুদনবা. উরুদনবা কনাগুম্বগী অমোৎপা মীৎনা, খুৎনা ;
উফুলনা পুংকুপ কুপশিল্লম্মী কৱিগুম্বা ফত্তবা শাপ্পা য়ৌওমদনবা,
অমুক হন্না চিংথোক্তনবা অশিবা হকচাং অহুবু
মনম্ ফংহুনা কৱিগুম্বা হুইনা নত্রগা অতোপ্পা জীবনা।
ও, ননাই ঐখোৱ শন্ত্রী তৌৱিবশিংগী মৱক্তা
অস্থক কুইবসি অমগা অমগা মৱাল শীনহুনা
খুং ফাউবা থোক্লগে তৌনফৱবনি অহুবু মমৈদদি

মীপুম্ খুদিংমক মরাল লৈবে য়ানবতুনা কনানসু মরালদু তৌরুদ্রবসু,
পুন্নমক্লা হায়নরকখি 'ঐগী ইবাল লৈতে,' 'ঐগী ইবাল লৈতে।'
মমৈথভদা যানরে ঐখোয় পুন্নমক খুংতা পায়নবা
মৈ ঈকুবা যোংচৈ নত্রগা নৈবুললক্লা শীংনবা
রাশক্লবসু বিধাতাগী মনি লৌনতুনা; অতবু খভবদি
মতমরে কনানো হায়বতু পুথোকপা মবাক্ল লৈরবা ..
মতা অসিদা ঐখোয়গী লক্লগী অমখকনা
ঐখোয় পুন্নমকপু কক নানহল্লতুনা হায়রকই
কনাসু যংলুবা চমদে মাতোন্দা রাজান তাংনদনা,
শিন্নরকই খুযাখাদা হগংলুনবা রান্নম পুন্নমকসি,
অথাকপা নৈতনা করিসু, কমদৌনা নান্থোক্নি ঈথোদগীসু,
য়াথং অসি হাক্লোক্লবা অতৈ উপায় লৈত্রহনা,
লাকংরিবনি ননাই ঐ হংগংচবা খুযাখাদা;
করম্বা কালদা কনানা ফত্তবা পাউ পুবকপা দুতপু
লুনা-চান্না মুংশিনা তৌনথ্রবগে ঐসু খভৈজ?

সূত্রধার। হে নিংথৌ, তাবদা দূতকী মপাউ অসি
নীকলি থম্মোয় অসি মসিগী মমুংদা
কনানা খভবা লৈরবসু যাই পোরম্ অমা
মীংনা উভনদ্রবা কবিগুম্বা শক্তি অমগী থৌশিলগী।

ক্রেংয়ান মতমবু ফাঙনা থমগে নিংবরা?
চহী য়ামজ্জবগী নপোক্ গৌরবতু য়ামজ্জবগী মতিক পভডি নং খায়সি।
আকাশতা স্বর্গদা মুংডাইনা লৈরিবা দেবতাশিংনা
থনবরা নরক্কী তীল-কাডনা শিন্নিবশিবু
মথৌ ওইন কুমথবিরকুনা ফুম্বিরবরা?
লৈবাক্কী করম্বা তমথিরবা য়েক্লবনা লাকুনা
মন্দিরদা থাল্লিবা পূজাগী থাউমৈ,

অথেনপোৎ হাপ্পবা পুখম য়ুম্বী খুদিংদা হকুনা লৈরবা
দেবতাগী লাইশোল, ইন্দ্রনীল মনি মচুগী শংলৈনবা নুংয়াই
পুম্নমকপু লৈবাক্তা চাইখাইহনা মাঙহন্নবা চঙলকপনো ?
যানিংবরা পাপীবু চঙজফম পী হায়বসি লাইশিংনা ?
যানিংদে ঐদি মসিদি, অহুক পঙবা মী নত্তে ঐহাক।
অহানবদদি লৈবাক অসিদা লৈবা জ্ঞান লৈবা মী কযানা
তাবদা রা অসি ঐগী ভূমিন ভূমিন পিশ ন শ ক্লপি,
মঙক হাইনরহুনা অনগা অমগা, নাপ-চীক্লা রাতান্নরহুনা
লোম্না মুরুম মুরুম শোন্নখি কযা কযা।
ঐগী সিফাইশিংগী মচীন্দু মেনখিবনি শেঙ্গা পীজহুনা !
মীওইবনা লৈনরি মীওইবগী আত্মাবু লুপা নয়েক নয়েক্লা ?
পুকচেক শেংলম্বা অফবা মী ওইরম্বা মী অহুবু
খুদক্তা ওইহল্লি হিংচা-য়াইতম্বা শেলগী ময়াইনা
ঙাওহল্লি মাবু অঙকপা ফংনা, তাম্বোকপী ময়ুমদগী
মী অহবু মুংঙাইনা লেপ্তরিবা, হিংচা-য়াইতম্বগী থবক তৌরিবা
অসিগুম্বা মীশক অসিবু করিগুম্বদা থেংনরবা ঐনা
অহুগা ঈশ্বরবু থাজবা ক্রেয়োন ওইরবদি ঐ অসি
লৌনম তৌরবা অশিবা হকচাং হুবানবহুবু নোংমদি
দণ্ড পীহনগনি শোয়দনা সিফাইশিংসিনা। অহগা তাউ অসিমসু,
করিগুম্বা অশিবা হকচাংবু লোইশিল্লমলিবা মীশক অহু
খিহুনা পীবা ঙমত্রবদি নখোয়না ঐঙোন্দা
লোইশিনহনগনি নখোয়মসু মহাককুম্না ।
পুরক্তবনি মহাকপু খিহুনা শোয়দনা, নত্ত্রবদি,
তপ্পা তপ্পা ফৌহুনা হাৎকনি নখোয়বুসু,
য়ান্দুনা থমগনি অহাঙবা গুহ্রংদা, য়ৈশিনহনগনি য়োংপী নশাপুম্বদা,
অসুম তৌরবদি থাজে খঙগনি হায়না

থবক তৌবনা অমতা মহৈ ফ.মিন্নবনা পূন্‌বসি ফত্তবোইরে হায়বা।
পূন্না ফংমিন্নবা হায়বসি অমা৬বতনি, স্বর্গ ফংনবা অচুম্বা লম্বীদা
চংপা নংতে অবানবা লম্বী চংলূনগী ফলনি কর্মগী।

শন্ত্রী হঞ্জবা য়ারগদ্রা ননাই ঐহাক হৌজিক, য়াথং ফংজরবদি?

ক্রেয়োন। নংগী রাহৈ খুদিংনা ওইরে তিংখ' ঐ৬োন্দা।

শন্ত্রী। কদাইদনো তাকপিসি, লুতোন্দবা, নত্রগা নাকোংদবা মফমদু মুরিবা?

ক্রেয়োন। অনাবগী মফম থিব্রিবরা অপ৬ নংবু?

শন্ত্রী। থম্মোয় চাকহল্লিবনা শকখ৬দবা অত্তুননি,
নাকোং শীংজা য়ৈহনবনা ননাইগী য়ান্না খোপ্লেননি

ক্রেয়োন। মসিবু করম্বা থুর্জি যা৬দবা রায়াম ড়াংবা, ৬ককনবা চিনথিবনো!

ক্রেয়োন। তৌদে? শেলবু পীগে হায়রবদি য়োম্বোক্লোইদ্রা নগাগী আম্মা ফাওবা?

শন্ত্রী। চিংনবিগদু ননাইবু অরেম্বদা ওইদবা রাফমদা!

ক্রেয়োন। লিশিংলক্ হন্না হায়গ্ন ঐবু চিংনগল্লি হায়না,
হুরানববু ফাবদা করিগুম্বা থিনথরবদি
ওইনা তৌবা থবকসি করিগুম্বদা মঙ্গল ওইদে।

( কোন্নুংগী মমাঙদা থোকখি )

শন্ত্রী। ঐসু পাম্লিবনি মহাক অদুবু ফাবসি। অশেংবনি
মীশক অসিবু ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা হায়বসিদি
লাইবকনা তম্নমগদবা মঙাইরে। ইরাইবকসি ফরি ঐগী
ইপানা পীবীরম্বা ইথরাইসি পূক্লনা চেনগ্রগে ঐহাক
য়ুমদা হিংজহৌনবা ঈশাসি, ঈশাতবু হিংহৌরবদি লোইরে,
কনানা খ৬গনি মতুং অসিদা করি থোকলক্কবা!

( শন্ত্রী থোকখি )

কোরস

স্থায়ী। অমা

খ৬ঙমদবা অ৬কপনা থম্না লৈরি তাইবংপান্‌সিদা
মসিদগীসু হেন্দোক্‌না ওইরি মীওইবনা অমুকসু ৬কনিংঙাই।

লাউখোনা ভ'লিবা পাকচাউরবা সমুদ্রবুস্থ
ইরায় লায়না লাম্নোকনবা মহোৎনরি অমুকসু,
উন্না পুমভৌ ভৌরবা রাংলবা চীংগী চীংদোন্দসু
শাকুই কোমুং কয়া কয়া মহাকী হৈশিংবনা,
শংলুবা চীংগী চ'ডমদ্রবা লোকসুং থাদোকলমহুনা,
অরাংবা চীংগী চীংদোন্দগী ভিন্থি সমুদ্রগী ঈবোনমুংদা,
নোংথক্লা মু'শিংনা, মথাদনা পাংগল শোন্বী লৈবাকলৈমগী
ঈংনা চিক্লা লৈজবা নুংগী নুংজাউ মরক্তা
চহী চহী খুদিংগী লাংগোল্ য়োংলম্ ফাংহন্দুনা
পীনবিরি মহাক্লা মহৈ মরোং পুন্নমক্ লৈবাকলৈমগী তম্বাক্লা।

অন্তরা। অমা

মবুক্চেল ফজ্রবা ডাক্শেনবনা, পৃথ্বী মাতাগী য়েক্লবনি মানা,
মৈ নংগী পোকমিন্নবনা মরুনি-য়াইবীনি ঐথোয়গী মানা
জগৎকী লাইয়াম্না অদিতিগী অশাউবনা ঐখোয়গী মঙ্গল পীসনু থীন্দনা।
খডডি উচেকনা ঈশিং ঈচেন্দা মশা খপ খপ্লুনা
তাউহুনা শান্নে ইরোইহুনা, সাগরদা শান্নরি ডাশিংনা
শা-উচেক্লা উমংগী লৈকুৎ-লৈরাইদা—
অহুবু মীওইবনা থাকলি শন্দোক্লুনা লাং
মাইকৈ মরিমক্তা জগৎপু শীনবা থুংবা,
মথুং অনীভনা ফাহুনা শান্নে উমংদা লৈজবা
বনগী অডাওবা শজি-শডাইগী কাংবু কাংবু,
মরৈমরা চাউবা শগোন্দা, খুজী লাগাম্ হাপচিল্লি
অডাওবা লম-শলবু, থৌরীনা মথা পোলহল্লি॥

স্থায়ী। অনী

কল্পনাগী ফিজোলনা লৈতেংলহুনা য়োংগ্রে মাগী খোঙ্গেলহু
সীমান্তগী লমখৈদা, য়েংগু মীওইবগী লেডদ্রবা খাডহৈবসি
খুদম ওইনা লৈরিবা নগরগী চেকপালনা।

মহাক্কী লানকন স্নাংলবা, নোং-মুংশিং উন্নবু চওওমদবা—
পুক্ক ভৈরবী অকিবীনা, নোংওাল্লে-নোংওাল্লে ঙংলিবা
অকনবগী ফীজোল শেৎলিবা, মতমপুম্ব থাজনীওায় ওইরবা
লানগী ফীজোল্লা লৈতেংবা, অমস্থং নীওওায়দনা লৈরিবা
অনৌ অনৌবা মওংনা, কালবৈশাখী হুমলিবা
কালভৈরবনা পায়রিবা, খুংলায়রবু কালনু ওন্নবা
সমাধি নত্তনা লৈরিবা পুম্বা, লায়না লাম্থোকপা ওন্নবা
মাগী অশাউবা মৈরিদা, তাইবংনা খুদক্কা শিরিবা।

অম্বুরা। অনী

অওকপনি মীওইবা মপোক,
মিত্রংগী মপুনি মহাক্তি, মিৎয়েংগী ওমাৈখ লাম্থোকখি খুদক্কা,
পুরকই অমুকম্ব অমাবশ্যাগী শুকলবা অহিং
মথংদা পূর্ণিমাগী লংলবী অহিং,
নগরগী চৎনবী কয়াম্ব থুগাই মশানা নীংলকপদা
লাইগী লাইবাউ কয়াম্ব তাহল্লিবা অরেম্বদা,
মহাক্ অদু নগরগী ফুরা-দোলান মরক্তা লৈরবম্ব
মযুম্ লৈজদবনি মহাক্তি, মপুক্, ফত্তবা মখোয় অদু
মাওজবনি মতোম্মতা মশাগী ফত্তবত্তুতনা,
ফত্তবা থবক্তা মশিঙ্গাং ওইজরবা
মখোয় অদু নরুজনিংদে অমুকহল্লা
ইনাক অসিদা ঐগী থোইনা।

সূত্রধার। উরিবসি মীৎসিনা ঐগী
থাজত্রবা অওকপা মূর্ত্তি অমা
মাওদা লেপলিবসিবু কনানো চিংনরি!
মুপীমচা অসিবু ঐগী মাওদা লেপলিবী
ঈদিপাসকী মমোম আন্তিগোনেদুরা!

লাইবকথীবী মুপীজানি, লাইবক থীবৰা মপাকুং
অনীমক মৰাইবক্ থীবৰা ঙাক্তনি।
থেংনছনা নংবু ইবেম্মা, মখোয়না
নিংথোগী য়াথং ইন্দনা শীংনরুবদগী,
ফাছনা বন্দী ওইনা পুরকলিবৰা মফম্ অসিদা?

( আন্তিগোনেগা লোইননা শন্ত্রী চঙলকই )

শন্ত্রী। পুৰক্লবনি মুপী অসি খুদক্তা ফাছনা,
কদোমদা লেঙথোকপ্রে নিংথৌ ক্রেয়োনদি?

সূত্রধার। লেংশিল্লক্লেসে অসোমদা মহারাজ।

(ক্রেয়োন চঙলকই)

ক্রেয়োন। করিনো ঐনা লাকপগা মৰী লৈনৰিবসি? করি তৌৰবগে?

শন্ত্রী। মহারাজ, হায়ঙম্বা কনা লৈ সংসার অসিদা
'থবক অসি পাংথোকপা ঙমলোই?' পুন্নমক্কী মথক্তা
কনানো অমা লৈরি হায়বসি ঐখোয়গী;
মাগী মথৌদি মীওইববু তাহনবনি ওইদবা ঙাঙবা;
নংবু কিজৰতনা খল্লম্মী ঐহাক লম্বী অসিদা
অমুক হন্না থাংজিল্লরোই খোঙ্ অসি, অদুবু
থাংজিল্লুরে হন্না খোঙ অসি মাইকৈ অদোমদা,
থোকহৈদবা কয়া থোকপ্রে, মঙদা ফাওবা মঙলমদবা,
মুংঙাইবা পুন্নমক ওইপ্রে মসিগী মনাক্তা
করিস্নু লৈতবা মঙগুম্বা থৌদৌ মহারাজ।
ফাজৰকপনি মুপীসি লৈরম্বদা মতোম্মতা
অশিবা হকচাং অদু শেমশারহনা ফুম্নবগী,
ইরাইবক য়েংলগে খঙ্গহনা ফাজৰকপনি মহাকপু,
ইতোম্মতনা ফাজৰক্পনি অতৈ কনা য়াউদনা,
হংবিরো হৌজিক্তি সনা য়াথং তাকপীহনা

খঙবীনিংবা পুন্নমক, লৈজত্রে অতৈ দায় ননাই ঐগী
চৎচবা য়াব্রগত্রা ননাই ঐহাক্ ?

ক্রেয়োন। নংনা ফাব্রকপা মাবু ? কদাইদগী, করি তৌব্রম্মী মাদি ?

শন্ত্রী। হংগৎচগ্রে হান্ননা, অশিবত্তুবু ফুন্নম্মী মহাক অসি।

ক্রেয়োন। করিনো নংনা হায়রিবত্তু, খঙত্রা নংবু মাত্তুগী অর্থদো ?

শন্ত্রী। অশিবা হকচাং অত্তুবু ফুন্নবনি মহাকনা
উবমক্তুদা মহাকপু ফাজব্রকপনি ননাইনা, অসি মঙাইব্রে হঙ্গৎকদবা ?

ক্রেয়োন। চময়ব্রে ঐহাক। করি তৌরিঙৈদা থেংনবা, কব্রমতৌনা ফাব্রকপা ?

শন্ত্রী। হঙ্গৎচগে শেংনা। দগুবু কিজবদগী ঐখোয়না পুন্না
খোৎতোকলুই লৈপাক্তু কুপললমলিবা অশিবা হকচাংত্তুদা,
ঙক্ ফাওবা কুপশিল্লমলিবত্তু হাংদোকলগা ঐখোয়না
থাপনা চীংথক অমদা ফমত্তুনা ঙাইরুই,
অশিবগী হকচাংত্তুদগী থোব্রকপা নমথিবা মনমত্তুনা য়ৌঙমদবা।
ঐখোয় মশেল অমগা অমগা লাউনখি, 'তুমগনু, তুম্বা য়াদে
মতৌ অস্নুম্মা য়েংনা য়েংনা ফমলিঙৈসিদা
নুমিৎ য়ুংলকপগী নুংশাগী মৈশানা কোকতোন্দা হাইগৎলক্লবদা,
খঙহৌদনা হৌব্রকখি কদাইদগীনো অকনবা নোং-নুংশিৎ
পৃথ্বী লৈমাইথক্তগী অকনবা চৈথেংগুম্নবা,
ফেৎ ফেৎ হাইত্তুনা রানা খাঙখি উ-রা পুন্নমক,
পাইত্তুনা চৎখি থাপনা আকাশতা অকংবা উনা-রানা।
মীৎ-না উইশিন্দুনা রানা খাঙনব্রম্মী ঐখোয় পুন্নমক
ঈশ্বরগী অসিগুম্বা অঙকপা থৌদো অসিদা।
ঙাইহাক লৈরগা লেপগ্রে অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎসু
অত্তুবু মব্রক্তুদা লৈরম্মী নুপীমচা অসি ;
উচেক মপীনা নাপী-শীংবীনা শাজবা মকোন্দগী
অপীকপা মচাশিংবু লৌথোকপিখিবা উবদা

রানা, খাংওমদনা তেংথাজবগুম্না, অশিবা মী অছুগী
মশা অছু ইহাং হাংদোক্লুনা, করিমতা কুপশিনদবা উবছুদা
লাউ-খোংছুনা কপলকই মুপীমচাসিনা খঙহৌদনা,
শাপ কয়া তৌথি মখোয় অছুদা অসিগুম্বা থবকসি তৌরুবিবা।
খুবাম্ অনীছুদা উফুল খুজোক্ অনীদং পায়রছুনা
ইম্পাংকী তেংগোং মচা অমগা শংগোম, খোইহী যু য়াওবা
থাংগৎতুনা কংথি অছুমলক্ অশিবছুগী কোকতোন্দা।
মতম অছুদা চেনশিন্দুনা ঐখোয়না মহাকপু কোয়শিনখি,
কিবদি পোকখিদে করিস্সু, চপ লেপ্তুনা লৈখি মহাক
নুংগী মূর্তিগুম্না হংলুবদা ঐখোয়না 'নংগী থবক নত্রা মসি,
হান্নগীছুম্সু নহাকনা তৌবা নংত্রদো ?' তপ্না, চীংলেম্না খুমকখি,
'ঐনা তৌবনি পুন্নমক', য়াজরছুনা মরাল মাগী।
ও, থেংনজখিদ্রি ঐহাক পুন্সিদা অমুক্তম্সু
পুন্না মতম অমতদা অছুক মুংঙাইবা অছুক রাবা,
কণ্ঠহৌরে ইশাবুদি অশিবগী খায়াংতগী,
কনবিবনি মাগী থয়াস্তুগী মরুপশিংনা তেংবাংবিবনা।
ইশাবু কলহৌবনা অহানবমক্তা অচুম্বনি,
মতুংদনা লাক্কনি থোক্ল থোক্লবা অতোপ্পগী অমাং-অতা।

ক্রেয়োন। নতোম্মতনা তৌরুবিবা পুন্নমক অসি ?
নমীৎ-ননা ইতু তুথরছুনা নংনবু তৌবা ঙমত্রা পুন্নমক অসি ?

আন্তিগোনে। ঐনা তৌবনি থবক অসি। থবক অসি তৌদে হায়দে ঐহাক্।

ক্রেয়োন। চংগ্রো নহাক চংচনীংবা মক্ষমদা,
রাজদণ্ডদগী ফংলবনি নহাক ছুটি, অছুনা চংগ্রো চংলো—
( শত্রী থোকখি )
হৌজিক্তি খুম্মু ঐগী রাহংসিগী পাউথুম শম্না তেন্না।
খঙব্রা নহাক আইননা য়াদে হায়বা থবক অছু তৌবা ?

আন্তিগোনে। খঙডি। য়াত্রবস্তু আইন্না তুমিন্না লৈথোকপা ঙমখিদে।

ক্রেয়োন। অতু ওইরবদি, নহাক খঙন-উনা, ইন্দবনিদনা নিংথৌগী য়াথংবু ?

আন্তিগোনে। মবুন্নদি, নিংথৌগী য়াথংদি ঈশ্বরগী থানৌদি নত্তে।

নত্রগা লৈবস্তু নত্তে অচুম্বা হায়বত্তু যমগী মফমদদা,

সিংহাসন অসিদগী অসিগুম্বা রায়েলদি থক তাখিদ্রে।

নিংথৌগী অথিংবা নিয়মদি অতুক হাক্কা কনবদি নত্তে

অমর ওইদ্রবা মীওইবগী ঈশ্বরদা পীবীরম্বা

অইবা ওইনা লৈত্রবা অচেংপা নিযমবু থওইদনবা।

ঙসিতগী রা নত্তে, নত্রগা ঙরাংগী রাস্তু নত্তে,

অসিগুম্বা মাঙবা লৈত্রবা নিযমসি চংনত্তুনা লাকঙ্গি,

খঙদে কনানস্তু করম্বা মতমদগী হৌখিবা।

কিত্তুনা ঐহাক নাপলদগী চেন্নগা ছন্দোকলমতুনা মহাকপু

লৌকসিরা অমুক লাইয়ামগী অশাউবা মীচ ?

হে নিংথৌ, নত্তুনা অসিতস্তু তাত্রিডৈদা ঐহাক নিংথৌগী য়াথং

মী অতৈনা শিনরিবা অসিগুম্না, শিগনি শোয়দনা ঐহাকস্তু,

ঙসি নত্রগা হয়েংদি, নত্রগা মথংদনা হংচিং,

অরোইবা পুংজা অসিনা য়ৌরক্তিংঙৈদা কব্বিগুম্বা

পাঙথোকপা ঙমজহৌরবদি কব্বিগুম্বা ইথৌসি

মাতুনা ঐগী মঙ্গলনি খনখি ঐগী জয়নি,

নিংঙমদবগী অরা-মৈচাক্‌না অয়ুক-মুমিদাং চাকুনা লৈরবা

মী অতুগী মফমদদি শিবদগী হেন্না নুংঙাইনিংঙাই কব্বিস্তু লৈতে ?

মরম অতুনা থবক অসিদা করম্বা অরাবা লৈরগদগে ?

অতুবু কব্বিগুম্বা ঐগী ইথৌসি পাঙথোকপা ঙমদনা লৈহৌরবা,

মহারাজ পোকমিন্নবা ইবুংগী অশিবা হকচাংদা

কব্বিগুম্বা লৈতংগায় অমতস্তু কুপশিনবা ঙমদনা লৈহৌরবদি,

নরকী অরাবনা, পাপকী চৈথেংনা পোত্থাকম পীরোই ঐডোন্দা।

থবক অসি পাঙথোকলুবনা কব্বিগুম্বা মহারাজনা

'অঙাওবীনি ' তাকপীববা ঐবু, অতু ওইব্রবদি
বিচা'ব অসি তৌব্রিবা মহাক মশামক অতুনু অঙাওবনি।

সূত্রধাব। যৌবিযু কযাদা কনগ্রবনো অকনবা নোংলৈ-মুংশিং লাকপদা
ফেং ফাওবা হাইবিদে মঙক অসি।
মশামক্না পোকচবা মপাতুগী মচামুপীনি,
তেক্লবসু মঙক অসি নোনবতদ্রি মনোক্সে।

ক্রেযোন। মসিমসু খঙতু, খ্বাইদগী ব্রা চাউবা উপালচু
হাইহৎপনি নো নু শিংনা যোংনা মতোইননা মকল্লবদি
চঙসুবগা থাঙশাবগী মৈফমদা থুদেক্লনা অকনবা মতুচু
শেমনিংবা মওংদা শেম্বা যাবনি। মথোং হুক্কবা অঙাওবা শগোলচু
পীক্থ্রবা শাক্সে মচা অমতনা লাকপা ঙম্মী লাযনা।
মযুম-মকৈ লৈজদবা কোযচং চংপা মীনাইনা
কবি কান্নগনি শাক্দনা লীলাগী নিংথৌ?
খঙটি ঐহাক মুম্না মুপীমচা অসিবু
চহী কযাগী মমাঙদা মহাক অসিনা অমুকসু
থিংজনখিবনি মথুৎসি চাকলিবা মৈগী মৈমুংদা
শাউবদগী অরেম্বদা হোৎনরুবনি লাম্হোক্লবা আইনগী ঙমখৈ।
হন্দকমুকসু য়েংঙু তৌথোকললকলিবসি মহাক্না
ইকাইবা পীবনি মুপী-শাগৈ মপোক্তা।
মহাক অসিবু মুপীবা, ঐহাক ইশাসিবু মুপা ওইব্রিব্রা?
ওইসমু মহাক অসি ঐগী ইচনুগী মচামুপী
ওইব্রবসু মহাকনা মযুমগী মুংঙাই-ইরাং-ইহৌফম
ঙাকপিবা ঙমলোই মহাকপুদি ঙসিদি ঐহাকনা;
মহাক অসিতা নত্তনা পীব্রগে ঙসিদি অকনবা দণ্ড
মহাকী মচন অতুবুসু, মান্নবনি অনীমক ফত্তবদা,
মরাল অমতগী মরাল লৈব্রবনি মথোয় অনীমক পুন্না।

কনা লৈ, চৎলু হৌজিকমক পুক্নুনা লাকউ মহাকপুস্ত
লৈরমগনি ইমু দা থেংনবস্মী ভাইহাক্কী মমাঙদা মহাকপু
অপংবী মুপীমচাহু কপতুনা তেংথা-নাওইত্নুনা লৈহৌবা।
অসিগুম্বা থৌদোকসিদা, থেংনরকপা ফম্ভবা লৌশিং পুথোরকপা
পুন্নমক
খঙডি, মশাদি খওজদনা মতোম্মতনা হাযদোকচরকপনি।
করিস্ত ভকনিংডাই লৈতে মসিদা, রাযাম শুবীহু করিগুম্বা
ফারবদি মশাগী পাপকী মরালনং নংজবতনি।
চুম্না পডবদা নংতে মহাক্তি লমচং-নাইদবীস্ত ওইরবনি।

আন্তিগোনে ঐবুদি পীযীরে শিবগী দন্দ, অইতদি করি মখাদা?

ক্রেয়োন। অইতদি করিস্ত লৈত্রে, হৃংপগী দণ্ড পীনিংডি নংবু।

আন্তিগোনে। করিগী থিনথবিরি অহুদি? মহারজ্জগী যাথং পুন্নমক
ওইরে ঐওোন্দদি তনা থিনবগুম, থিত্রসনু কম্দৌনি,
ঐনা ভাইথোরকপা রাস্ত ওইরগনি সনা নাকোংদা
অকনবা অয়াকপা খোঞ্জেলগী অংগৌবা হু।
শিরবা ইবুংগী হকচাংত্নবু হুই, লমহুই, লংঙজানা
শেং শেংত্নুনা চাগদৌবদগী কন্দুনা লোত্নুনা ফুমজহৌবসিদগী
হেম্না পুণ্য চেনবা করম্বা থবক অমা লৈবিবগে?
লৈওশ্রিনবিরিবা পুন্নমক মফম অসিদা ভদ্রলোকশিংসি,
পুন্নমক পুকনিংদদি ঐগী মীচং ভাকুনি,
কিজবনা নিংথৌগী য়াথংবু কাওথোকচবা ভমদে চীনদি কনাস্ত,
অওইবনি কুংভাইরমগনি নিংথৌ ওইবা হায়বসি,
ভাউথবা ওম্বসি য়াথংহু নীংলকপা অপাম্বা তুংইন্না
য়েংলুদনা থোইনা অচুম-অরান্ অমুক।

ক্রেয়োন। নতোম্মতরা খঙলিবসি পুন্নমকসি? থনবরা নহাক অপওবনি হায়না
অতে প্রজা পুন্নমকসি?

আন্তিগোনে। খণ্ডি মখোয়স্ পুকনিংদদি, মপান্থোংদদি ওমজদে হায়দোকপা
পাম্মুবদগী থরায় মহাকপু।

ক্রেয়োন। ইকাইত্রা নহাক্তি মখোযগুমনা চৎতবসিদা ?

আন্তিগোনে। ঈ মতুম অমতদুগী হৌমিন্নবুকপা ইবুংবু
মুংশিকববু ইকাইনীংঙাইনি হায়বদি খণ্ডজদে ঐদি কৈদৌঙৈদস্।

ক্রেযোন। অতোপ্পা মুপা অমসিদি শিখিবা মাগী মথুৎতা
নংগী কনাস্ নত্রববা ?

আন্তিগোনে। অনীমক ইবুং ঙাকনি ইপা-ইমা অমতনা পোকপীবা।

ক্রেয়োন। মহাকপুদি হুনদোকলগা থওইদনা
করিগী উৎলি অমতুদদি সন্মান ?

আন্তিগোনে। শান্তি কংপ্রবা অশিবা হকচাংসিমা
খণ্ডদে করিস্ দোষ-পাপ, লৈতে মাগী মকমদা
মীনম-শোরি, ইকাইবা অমদি চাউথোকপা।

ক্রেয়োন। অতুওইরবদি কংবা তারবা বিশ্বাসঘাতক, অসিনা পুজাগী
খুদোনপোৎস্ ?

আন্তিগোনে। মচীন-মনাউ হাংনবনি, নত্তে মপুগী মীনায়বু হাংলুবদি।

ক্রেয়োন। অমনা লৈবাক্কী য়েক্লবনি, অতোপ্পতুনা শহীদনি মথক্লায় কৎপ্রবা।

আন্তিগোনে। শিপ্রিবসি অশেংবা মরমগীদমক্তা পীফম্ থাকই হৌনবী সন্মান।

ক্রেয়োন। মান্নবদি চুমদে অনীমক্কী,
থৌনা ফবগা লৈবাক্কী য়েক্লবগা অনীগী সন্মান্দি।

আন্তিগোনে। শিরবা মতুংদদি পুন্নমক ঙাকপীবা ফংলমগনি ঈশ্বরগী চপমান্ননা।

ক্রেয়োন। য়েক্লবা হায়বসি য়েক্লবনি, শিরবস্, হিংলবস্।

আন্তিগোনে। পামজরুই ঐদি মুংশিবতবু, পামজদে থোইনা য়েক্লববুদি।

ক্রেয়োন। চৎপ্রো চৎলো, অতু ওইরবদি, মুংশিবস্ পুত্থনা অশিবগী,
মুংশিজরু শিববু ওইথোক্কবা রানি, ঐনা হিংলিঙৈদদি
য়ায়োই মুপী অমতনা য়াথং পীবা ঐঙোন্দা।

কোরস

য়েংঙু অসে থোংগান্দা চঙলকলিবী
ইসমেনেসে মীৎলুদগী শিন্থরক্নুনা পিগী মরিক মরিক
ভঙাংলবী মখঙ্গাই অসি ইমক মকশিল্লক্নুনা
পীশ্রম শক্না অরাবগী লৈচিললা কৃপলক্নুনা
মায়থোং মমনা রানা অরা-পিরাং ইরোইনা।
(ভাকশেনবা ময়ামগা লোয়ননা ইসমেনে চঙলকই)

ক্রেয়োন। অমুবী লিনগী মশক লৌরবী, মংবু রানা য়োকললকপগী ঐনা,
অসি ওইরে লোয়া খঙহন্দনা চুপলমলিবসিনা ঐগী ঈ
লমন্ শিংবা। লিন্দু নখোয় অনীনা পুন্না
কামশিল্লরে তমথিরবা হু নথরায় পীবীরিবা নিংথৌবু হাৎনবা।
হায়য়ু নহাক, ফত্তবা থবকসিদা য়াওরুবরা
নত্রগা পাংগল শোনবীরা পাপ অসি য়াওরুদবী ?

ইসমেনে। মাম্নি ঐস্ম অমনি, সাক্ষীনি মাহুগী আন্তিগোনেনা,
থবক অসিদা ঐস্ম মহাককুম্না মপাল নাইদনা অপরাধীনি।

আন্তিগোনে। পীবা ভমলোই ঐহাক্তি ওইদবা সাক্ষী,
থবক অসিদা নহাক য়াওবা কি হাম্নখি,
হাম্নখিদে নঙোন্দা ঐহাক থবকসিদা তেংবাংবীনবা।

ইসমেনে। অরাবগী তাংকমদা খনগম্ম নতোম্মতা লোয়নক্নুনা লৈথোক্কে
অরা-অনা কম্নাগা, মাঙহনগম্ম অরেম্বদা পুন্সিগী মমল।

আন্তিগোনে। শিপ্রবা মীগী আত্মা, অমদি শিবা হায়বসিনা
তত্তনা থিরি পাপকী লম্বী, নুং-ম্নাই থাম্নবা মুংঙাইবগী লম্বীদি
নত্তে ঐগী পুন্সিগী মরুপ।

ইসমেনে। হললহনগম্ম ঐবু মতৌ লম্নুম্না, আন্তিগোনে,
শিজগে ঐস্ম পুন্না নংগা সম্মান উংলুবগীদমক অশিবা হকচাংদা।

আন্তিগোনে। মাম্নদে শিবগী মঙংসি ইবানীগী

অরেম্বদা য়েংশিনহনগনু হিরমহু নংনা থক তৌরুত্রবা।
শিবা মতিক চাববনি ঐদি, করিগী শিগনি নংদি?

ইসমেনে। কাম্নগনি করি পুন্সিনা ঐভোন্দা থম্নায়না
লৈত্রবদা মাঙজবরবদা পুন্সিদগী নংবু ঐমা?

আন্তিগোনে। হংজো মাহুদি নিংথৌ ক্রেয়োন্দা,
মহাক্না নংগী আশাগী মৈরিনি।

ইসমেনে। অরেম্বদা রারেম ভ'ভহনা করি কায়ে ঐবু শাউহন্নগা?

আন্তিগোনে। করিগুম্বা শাউহনবা পোক্লবদি নংগী থম্মোয়দা ঐগী রাঙাংনা
হেন্না" রারি ঐগী পুকনিংনা মাহুগীদমক্ত।।

ইসমেনে। হায়যু নহাক কবম্বা থৌদাং অমা
শিন্নবা পাম্বগে ঐভোন্দা?

আন্তিগোনে। ভম্নবদি কণ্ঠবা নংগী পুন্সিহু মুংভাইগনি হেন্না মাহুনা ঐদি।

ইসমেনে। নংনা শিগদৌরিবহুগী শকক অমতং পীয়ু ঐভোন্দসু আন্তিগোনে।

আন্তিগোনে। পামজবদাই হিংজবা নংদি, পামজয়ে ঐদি শিজবনা।

ইসমেনে। ইচীন্দগী হাযদোক্‌খিবা রাফমহুতমক লৌগত্রা নং
থল্লরোইদ্রা নহাক ফোঙদোকখিদবা পুক্রিংগী রাহুদি?

আন্তিগোনে। পামগনি কনানা নগী রাফমসি, কনানা ঐগীসি।

ইসমেনে। আন্তিগোনে, ঙসিদি ইবানী ইচিন্নাউনি দোষ অমতগী মন্নাল
ফংলবা।

আন্তিগোনে। ইসমেনে ভাব তাউ শিবা য়াত্রি নহাক।
শিরবনি ঐদি হান্ননা, মরম অসিনা ঐদি
চন্নবনি চুম্নভা অশিবগী লমদমদতা।

ক্রেয়োন। মচা'ন-মনাউ অনীমকসি লোইনা ভাওররি ম্মাকনি,
অমদি হৌজিকসু ভাব অসি ইচোই চোইরি,
অমনা ভাওরকলবনি পোক্‌পদগী হৌনা।

ইসমেনে। হে, নিংথৌ খঙবিগনি নংনা করন্না অন্নাবা মীগী থম্মোয়?

অরাবা মতমদদি মাগুখি মীওইবা পুম্নমকী
পোকপদগী য়াওরকঙবা পূন্সিগী অচুম-অরানগী বৃদ্ধি।

ক্রেয়োন। অরানবা পূন্সিগী মন্ত্র লৌজরুবনা
মাঙজরবনি নংসু অচুম-অরানগী বৃদ্ধি।

ইসমেনে। ইচেমনি পোকমিন্নবী আন্তিগোনেসি,
হিংঙমগনি করম্না মাবু হন্দোকলগা ?

ক্রেয়োন। 'ইচেমনি পোকমিন্নবী আন্তিগোনেসি' হায়রগনু অমুক হন্না,
মশীং থাবদা য়াওরো আন্তিগোনেগী মথরায়সি অশিবশিংগী
মরক্তা।

ইসমেনে। হাংলগদ্রা মহারাজনা নজাইবুংঙোগী তুংগী নমৌ অসিবু ?

ক্রেয়োন। রাজকুমারগীদমক্তা মশীং লাকঙমদনা লৈ কুমারী কয়া।

ইসমেনে। কনানসু খুত্থম চনবা ঙমলোই নজাইবুংঙোগী থম্মোয়
নত্তনা আন্তিগোনে অসি।

ক্রেয়োন। রাজকুমারবু মাঙহনবা দুপীহৃদি পামদে ঐহাক্তি কদৌঙৈদনু।

আন্তিগোনে। য়েংঙু, মীচৈসে নংগী পাবুংগী নংবুনে আইমোন
থরায়গী মপু।

ক্রেয়োন। নংগী থরায়গী মপু! নংবু মাগী চায়রবী, তানীংদে অমুক তাহল্লগনু।

ইসমেনে। মুনপে থৌরাংলবা শেগাদগী অপোকপা নচাগী নমৌবু।

ক্রেয়োন। তৌগনি করি ঐনা, যমনদি ইনশিল্লি অত্থুম তৌনবা।

সূত্রধার। পীরিবা দগুসি দুপীমচাসিদা হাৎপগী, অরোয়বনি।
ওয়োক-ওনশিল অমুক লৈত্রে মসিদা।

ক্রেয়োন। লৈত্রে অত্তোপ্পা লম্বী অমা, নীংত্তি ফংগনি পুম্নমকী সমর্থন।
শত্রুশিং, পুশিনথ্রো মবানীমকসি কোমুং মমুংদা,
লৈহনগদবনি চুম্নতা অনীমক অচম্বী দুপীগুম্না,
কয়াদা মথৌনা লৈগ্রবা! উরকলে পুনসিদা কয়া কয়া
থৌনাফবশিং কয়ানা অয়ম্বা মীচম ওনখিবা

উরকপদা পুন্সিগী থোঙজীন্দা অশিবগী মমিনা তারকপদা।
( শন্ত্রীশিংগা লোইননা আন্তিগোনে ১স্নং ইসমেনে থোকখি )

কোরসকী ঈশৈ

স্থায়ী। অমা

পুন্সিগী পাত্রদু পাপকী মহৈ য়াওদ্রিবা
মুংঙাইবনি মী অদুগী মপুন্সি অদু ;
কনা কনাগুম্বগী পুনসিদা করিগুম্বা
লাইগী অশাউবা মীৎয়েংনা তারুরবদি
মতোম্মতা নত্তে মহাক্তি মাঙগদবা
ভুমনা মাঙমিন্নৈ শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক ;
থেুসাগী অঙাওবা মুংশিৎকী শাপতা
তোংদুনা শগোট শারি কালভৈরবীনা,
খঙহৌদনা হাহাকার লাউরকলে কিনা
মিংচৎথিরবী সমুদ্রনা উপায় লৈজদ্রবী,
তোর্ব্বানগী লৈমায়দা তারি
কলঙ্কগী অমুবা লৈই,
অমুবা অরুংবা ঈথকনা কারকলে
পাপকী মহৈদু হন্না হন্না পিকথন্না,
লৈনাং চেন্নবা ঈচেল অসি লেপ্পা লৈতে অমুক্রম্ন,
তিনখি গর্ত্তদা অদুম সমুদ্রগী পাপ পুম্নমক অদু,
ভুমনা মাঙহল্লি শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক।

অন্তরা। অমা

লাবদাসকী শাগৈ লোইনাইদ্রবা অরাবা কয়া তাখি—
হিংলিবা শিগ্রবা অনীমকী মফমদা য়োরকখি ;
মপাগা মচাগা য়েংনহনখি লোইবা লৈহন্দনা,

উবা ওমত্রবা কনাগুম্বা লাই অমনা য়েখাইবিখি
থোইদোকপা অরা-কোকওম্বা উপায় উহন্দনা।
অহুদগী পোকলকখি ঈদিপাস অহুবু মহাকপুসু
অশিবগী লমদমদা রায়েল্লিবা মহাক্কী থাওগোননা
শিজিন্নহনা খিংওমত্রবা রাহৈ কয়া কয়া
থাউদংপিখি নৌনা চোংখংচরক্লিবা অনৌবা ময়োম্দু

স্ত্রায়ী। অনী

হে ঈশ্বর, মচু কয়না লৈতেংলবা নওগী শকলোনগী লাংদা
কব্রিস্তু ওইবমত্রে মীওইবগী পূন্সিসি।
হোংনজবা পূন্নক, পোখাবা ফংজত্রবা করিওম্বদা
পূন্নক অসি মায়াগী লাং ওইব্রমলে,
পোংখাবা লৈচনা ভাল্লিবা থাজগী অইংবা মঙাল অসি ফাওবা
মাওহল্লি নংগী অকনবা চৈথেংনা
নোংপোক অতিয়া মকোয়দা, অলিমপসকী মতোন্দা
লৈরি ভান্থোইহনা নংগী অমর ওইরবা
সনানা ফুদোংলবা সনাগী সিংহাসনসি,
হৌগ্রবা, হৌজিক ভুংদা লাক্কদবা মতম অহুমদা
ভোংহনা লৈরি নংনা লোয়ননা শক্তিগা নংগী
তাকলি মীওইবদা তৌকপ্পনবা অরেম্বদা আশা।

অস্তরা। অনী

কোংইপাই পাইহনা লৈবিবা আশানা
পীবী অনৌবা আশা, আশা কায়ররবা মীওইবা কয়াদা,
কনাগী মফমদনা ওইরি নংনা
অয়েম্বা কায়ত্রবা পুক্সিগী মও কয়া,
থওবা ওমদে মখোয়না কব্রিস্তু

পুংথকত্না মখোঙত্থ নোংমা অরোয়বদা
মৈগী মৈফমদা পোকথোকত্রিবা ফাউবা।
অশিংবশিংনা তাকপীরম্মী অস্থুম্না
ফত্তবনা অফবা শাত্না মাঙহল্লি মীওইবা কয়া,
মাত্থগী পাপ্তা লুপত্থনা মুংহনখি পুন্সিগী থাউমৈস্থ,
লেপত্থনা লৈরম্লবস্থ ঙসিদি মিকুপ্‌ অমতং
লুপত্থনা মাঙখি মনৈদা নিয়তিগী ঈরোম্নুংদা।

সূত্রধার। মহারাজ, লেঙলকলে নজাইবুংঙো আইমোন,
শাগৈগী অরাব মৈতান্নি নজাইবুংঙোসি
আন্তিগোনেগী পুন্সিগী মৈরিনি,
লেঙলকলি যুবরাজ পুবত্থনা রাববা থম্মে'য়।

( আইমোন চঙলকই )

ক্রেয়োন। মাইব-মাইবীনা ফাওবদগী লাইফাও
হেন্না শেংনা খঙলগে ঐহাক ।
হায়রু কুমার তাববা নত্রা রা পুন্নমক নহাক,
মাইকৈ অমদা লৈরি নংগী নুপী ওইগদৌরিবী নুপীত্থ
পুরত্থনা পুন্সিদা অশিবগী দন্দ,
অসোমদনা লেপলি নংবু পোকপা নপাগী য়াথং।
হায়রু নহাক কররম্বা মাইকৈদা লেপকনি ?
খেন্নসস্থ ইবানীগী মত ইপানা ইপানি, ইচানা ইচানি, নত্রা ?

আইমোন। ইপা ইবুংঙো, ঙসিস্থ ঐহাক নংগী নচা ওইজরি।
চংচগদবা লম্বীদা নচাগী ইপানা লম্বীত্থগী লমজিংনি,
য়ুম পানবদি ঐঙোন্দনি ইপাগী য়াথংদগী হেন্না
চাউবা লুম্বা অমা লৈজদে, পুন্সিদা নচাগী
অচুম্বদগী হেন্না চাউবা অমা লৈতে থক্তে।

ক্রেয়োন। ও, পেল্লে পূক্নীংসি ঙসিদি ইপাগী,

চাউথোকচরি ঐহাক ফংজবদা নংগুম্বা মপানীংবা মচা।

নংনা লেপলি ঙসিদি ইপাগী নাক্তা।

ইংলবা উরুমগী মতৌগুম্ শান্নবা মুংশাগী মৈশারক্তা।

নত্রবদি করিগী পাম্নরুগনি মীওইবনা মচা পোকপা ?

মপাগী য়েক্লবদি মাগীসু য়েক্লবা ওইগদবনি, মরুপনা মরুপ,

য়েক্লবা মাঙহনবা মরুপপু ভেংবাংবা হায়বসিনা

ওইগদবনি পূন্সিগী অচুম্বা লম্বেল।

মতীক চাদবা মচা পোকচবদি সংসার অসিদা

অরেম্বা কান্নবা নাপী-শিংবী য়োকচবগুম্বনি,

মহাক্তা ওইরি মপাগী অরাবগী হৌফম,

য়েক্লবনসু নোক্লগনি, মরমনি খ্বাইগী নোকফম মহাক্তি য়েক্লবগী।

কাউথোক্লুনা অচুম-অরানগী বুদ্ধি য়োম্হোকলুগনু নশাবু

মায়াগী শক্তম লৌরবী মুপী মাগী মফমদা,

অচুম্বা লমচৎ চৎত্রবী মুপী অহুনা করিগুম্বা

পেলহন্নবা কোল্লকপা খল্লু লৌনম মাগী লাংনি,

অরেম্বদা থাজহল্লগা মাঙহনবনি মহাক্তা মমৈদা

থুগাইবনি মীগী ময়ুম-মকৈ, শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক,

অরেম্বদা মোৎহনবনি পোথানবা ফমুংবু।

পূন্সিগী লোয়নববু খনবরা নহাক

ঙাইহাক মিকুপকী পেলহনবী মপান্থোংগী মুংঙাইহনবতনা ওইগনি ?

ঙাইহাকী ওইবা মপান্থোংগী মুংঙাইববু করি থবক্তা চন্নবগে ?

হন্দোকখরো থাপনা মাহুবু কান্নত্রবনি হায়না।

থাপনা হন্দোকখরো মুপীমচা অসিবু

মুহোংজরুসনু মহাক ফনাগুম্বা অমগা শিহুনা মোংফম য়োৗরবা।

নগর অসিগী অকোইবদা হুমলিবা মুংশিংসিনা

হূগী মশক ওইববী লৌনম চাউবী মুপীমচা অসিগী
মন্না-মপাউ থুংনা য়েল্লি মাইকৈ মরিদা ;
অদুবু ঐহাক মাওত্রি ভসিনু ঐগী থাজবদি,
মহাকপু হাৎকদবনি হায়ৎ' য়াথং অসি পীগ্রবনি,
হাৎননবা পীব্রিবা য়াথংসি ওইথোক্তবনি অমুক ওনবা।
ঐগী ঈথুম অসিনক্কদা কবিগুম্বা য়েরুবনা মন্নী-মতা মরক্তগী
ফংলবদি চওজফম, ভমগনি করম্বা ঐনা অরানবনু মাওহনবা!
মযুমদা মশাগী অচুম্বা চৈরাক পীবা ভমলিবা মীহু
লৈবাক্ পুন্নমকনসু মহাকপু থাজবনি অচুম্বগী মপুনি হায়না।
হিংসা তৌদুনা লৈবাক্কী আইনবু থওইদবশিং,
নিংথৌগী মথৌদা থুং থিংজিন্দুনা তাকে হোৎনব্রিবশিং
মখোয় অসি থমগদবনি থাপনা। লৈবাক্কী থবক্তা লৈব্রিবশিংনা
থোইনা অমুক য়েংনকৎনা ইনগদবনি নিংথৌগী য়াথং।
ফিদম্নফম্ ওইবা প্রজা হায়বসু মখোয়সিতবু কৌবা য়াই।
খুদোংথীবা মতমদা লেপলমগনি মহাক্তি চৎমিন্নবশিংগী মনাক্তা,
লানফমদসু মহাক্কনি পুন্নমক্কী থাজনফম।
মীওইবগী মশাদা লৈবিবা পাপশিংগী মরক্তা
হায়বা ইন্দবনা ওইহল্লি মুম কয়াবু অকোকপা লমহাং,
পাঙম কল্লবা লৈবাক কয়াবুসু তুম্না মাওহল্লি মোংফমগুম্না,
মকপক্কী মফমদা পুরকই মহাক্কা অকিবা, য়েরুবদনা জয়
মাওহল্লি তুম্না মরাল লৈজদ্রবা অশোন-অনা কয়াবু।
তুক্কচৈ অহুনা ঐহাক অরেম্বদা শাস্তি থুগাইব্রিবশিংসিবু।
ওইরবরা মুপীনা মুপাগী অবোইবা দগুগী মরেম্মা ?
ওইরগত্রা মুপা হায়বসি চুম্নগী মমিংতনা মুপা হায়না ?
অসিদগী হেনবা ইকাইবা লৈত্রবনি অতোপ্পা অমা।
শিজগে ঐদি মুপাগী মথুংতা, মসিনা হেন্না কৈ থজ্জৈ

শিবদগী মুপীগী অমেওবা তৌশিন্নবা পূকনিংগী লাংদা থুত্নুনা
তাহনগম্মু ইপাগী নকোংদা ‌ পীগী লাংদা মাওলবনি হায়বসি।

সূত্রধার। চহিদা অমদি খওহৈবদা অহল ওইবা মীনি ঐহাক।
তাকপিরিবা য়াথংসি মহারাজনা অচুম্বা ওাক্তনি,
হৌনা-লোনচৎনা অমুকম্মু হেন্না মপুং ফাহল্লবা রাওাং ওাক্তনি খঞ্জে।

আইমোন। ইপাইবুংগো ঈশ্বরনা মীওইবদা পীবীরমলিবা পূক্নিংগী শক্তিশিংগী মরুপ্তা

অচুম-চুমদ বিচার তৌজনবা পীরমলিবা বুদ্ধিসিনা
খুাইদগী অথোইবনি লৌজে নচা ঐদি।
তাকপিরিবা অরান্বা য়াওবরবা অচুম্বা রাফমসিগী
ওন্নতৈনবনি থোইনা খঞ্জরুদে নচাম্মু, অচুম্বনি পুন্নমক।
নচা ওইবা ঐগী ইথৌদি খোমজিন্দুনা খুাইগী মত
হংগৎচবনি পাবুংগী মফমদা, মসিনা অচুম্বনি খঞ্জে নচানা।
পাবুংগী অশাউ-মীচৈনা কনাগুম্বগী নাকোংদা
শীংজানা য়ৈবগা পাংখকনি, মহাক্নীম্মু কবিগুম্বা
লৈরম্বা য়াই মশাগী তোংগানবা অরা-মুংডাইগী রাফম
রাফম অসিমক্তা ওইরম্বা য়াই হূগী তেঞ্জে পাবুংগীদি।
মহারাজ, তাজবদা নচানা হৌজিক ফাওবা অসিদা
মীচম প্রজা পুন্নমক্তা খোঞ্জেল অমতা ওইনা হায়নরি :
'পাপ চওরবা শকহেনবী মুপীমচাসিনা
তৌজরুবগীদমক্তা পূণ্যগী থবক অমা পীবীরে শিবগী দণ্ড ?
হূই, লমহূই, লওজানা শেৎ শেৎতুনা চাগদোরবদগী
পোকমিন্নবা মবুংগী অশিবা মশা অহুবু মহাক্না
কুপশিন্দুনা ফুমজিল্লুবহুদনা মরালনি লাইবকথিবিসিগী ?
মহাক্নী মমিংদি ইহুনা থম্নগদবনি সনাগী ময়েক্তা'—
হায়নবি পুন্নমক অসি অমম্বগী মরক্তা অমম্বদা মাত্রনা।

মহারাজ, পাবুংগী মিংচৎ, সম্মানদগী হেন্‌বা
পামজবা পোৎশক অমা লৈজদে নচা ঐগী।
মপাগী মিংচৎনা সংসারগী মচা পুম্নমকী কোকী লৈতেংনি,
ওইফম থোক্ত্রা অদুদি মচাগী মিংচৎনা মপাগী মিংচৎকী লৈতেং?
মরম অসিনা পাবুং, মুন্না অমুক্তগা থম্বিখো,
হায়দোকপিখিবা সনা য়াথংসি থোইনা খোইজংলূদনা,
লৌননবা পুম্নমক্না থবক্তা, য়াঙাংদা অনীমক্তা
লেঙদবা পুকচেলগী মপুনি, ওইদনবা মমৈদা
অর্থ য়াওদবা য়াঙাং, ভাব তাদবা থবক পাবুংগী পুক্নিংগী অপাম্বসি।
অশিংবা মীদি তপ্পনি পুকচেলসু মীনা হায়নৈ
পুক্নিংগী অর্থদি তমবতনা খঙদে গুরু অমগী মরুমদগী।
তুরেলগী ঈচাউনা হৌরকপদা মপান্দা হৌরিবা পাম্বৈগী
লুকই মরু, মশা-মরেং, মনা কায়দনা অদুম মরৈ
য়ানা খাঙজরক্লবা উপালদুনা কল্লবা ঈচাউগী ঈরৈদা
ক্র ক্র হাইদুনা য়ানা অদুম্ মখাঙখি।
ঈরৈ কল্লবা সমুদ্রগী ঈশিংদা য়ানা লাক্লদুনা হোন্দুনা
লুপলি লুপলিরবা জহাজ পুদুনা চৎলিবা হিরোয়দুসু
মমৈথংদা মঙম্মী অকনবা ঈরৈদগী নাম্থোকপা।
তপ্‌থবিখো মহারাজ, নৌজরবসু চহিদা ঐসি
ওইরমদবা য়াই বুদ্ধিদদি নৌত্রবা।
পুক্নিংগী মশক্ খঙলবা, অহল ওইরকপগী লৌশিংনা
মপুং ফারবা জ্ঞান থেংনরবদি লাইবক ফবনি,
অদুবু মাদুসু তাঙনা কংবা পোৎনি।
মরম অসিনা খ্বাইদগী ফবদি মহারাজ
অচুম্বা অফবা পাউতাক লৌশিনবসিনা কান্নরনি।

সূত্রধার। হে নিংথৌ ক্রেয়োন, নজাইবুংঙোগী মরাসি

থৱবা য়াবা য়াকম ঙাক্তনি. যুবরাজ আইমোন,
অৱেম্বা নংতে লোইনমক পাবুংগী য়াথং অসিসু।

ক্রেয়োন। অহল ওইরবশিংনা অহুদি চৎপা তারবা মনাক্তা
খুৎতা চে-কলম পায়হনা অহানবা ময়েক চৎপা তম্বা
মপুং ফাদ্রিবা নৌরিবা নহাশিংগী মফমদগী ?

আইমোন। য়াঙোন্দগী হেনবা ওঝা মাহুদগী হেনবা মহৈ অতৈ লৈতে,
চহিগী য়াকম নত্তে, অচুম্বনি অহল ওইরকপা হায়বসিদি
ওস্থোক্লা য়ানিংডায়গী মশকনি।

ক্রেয়োন। হায়ন-তানবা য়াদবগী লমহৈনবগী য়াঙাং অসিনা অচুম্বগী মশক্লা
অহুদি ?

আইমোন। হায়ন-তানবা য়াদবগী মফমদগী
নোঙ-য়াহৈ ফংগনি থনবিবসু অয়ানবনি লৌক্তে ঐদি।

ক্রেয়োন। অহুওইরবদি, ফাহনা থম্নিবী নুপীহবু
ওক্তবীনি হায়বনা হেম্না চুমলগনি নিংই।

আইমোন। য়িংদা অসি তাবদা থেবা নগরগী মীশিংনা
শাউবনা মৈ হৌরকনি থোইনহুম হেম্না।

ক্রেয়োন। থেবা নগরগী মীচমশিংনা তাকপা তারবা ঐঙোন্দা আইন ?

আইমোন। য়াকম্ অসিদি স্তান য়াওদ্রিবা নৌরিবশিংতগী
মচিন্দগী থোরকপনা মতিক চাই।

ক্রেয়োন। নিংথৌনি ঐহাক, কনানসু থিংবা ঙমলোই ঐগী ইচিল অসি।

আইমোন। মী অমথক্তা মরৈবা নগরহবু নগর কৌবা য়াদে।

ক্রেয়োন। নিংথৌদি অমতা মরৈগদবনি. নিংথৌগী য়াথংসু অমদগী হেন্‌ফদে।

আইমোন। কনানবু থওইনবগে প্রজা য়াওদ্রবা লমগী নিংথৌবু।

ক্রেয়োন। অঙকপনি অঙাং অসি লেপ্তুনা ঙাংথ্রেদনা নুপীহগী মাইকৈদা !

আইমোন। পাবুংবু নুপী ওইবিরবরা ? অহু ওইরবদি ঐসু নুপীগী মাইকৈদা
লেপ্পনি।

ক্রেয়োন। অপোকপা নপাগী চিন্থক্তা অয়ংননা খুম্বা ওম্বা মুর্খনি নহাক।

আইমোন। অচুম্বগী মায়োক্তা লেপললবদি হেন্না চাউবনি মাহুগী পাপনা লৌনম্বগী মপু।

ক্রেয়োন। লৌনম্বগী মপু ওইরবা ঐবু? ঐগী শাসন অসিবু লৌনম্বা?

আইমোন। মসিবু য়াত্রবদি ঈশ্বরগী পাপ লওজবনি।

ক্রেয়োন। মুপীগী মথরায় নিরিবা মুপী-মরা লৌবা অপঙ
তানিংদে নংগী রাসি।

আইমোন। ওইদবা রানি, ইকাইবা খঙদবা মীনা ইকাইবা অমুক পীরিবরা!

ক্রেয়োন। রাঙাং খুদিংদা নহাক্কী নিজরি মুপীমচাসিগী পূন্সিবু!

আইমোন। পাবুংগী, ঐগী, মহাক্কী অতোপ্পা মপোক্তা য়াংফনবগীদমক।

ক্রেয়োন। ওকলে তোকলো, তানীংদ্রে। মুপীমচা অসি নংগী মুপী ওইবা য়ারোই।

আইমোন। অরোইবদা মহাক অসি শিরোই মতোম্মতদি, মসিমসু কাউবিগনু।

ক্রেয়োন। অকি-অখং লৈত্রবা মশাদা, নংনত্থম ঐঙোন্দা অমুক কিহল্লিবরা?

আইমোন। ওইদবা, লৌনমগী মায়োক্তা ভাংবসিবু কিহনবনি লৌবিরবা?

ক্রেয়োন। হা অপঙবা, শিরগনি নংসু ইকুই কুইদনা।

আইমোন। অপোকপা ইপা নংলমদ্রবদি হায়রমগনি ঐহাক থবকসি অরানবনি।

ক্রেয়োন। মুপীগী মীনায় অপোকপা নপাসি নংগী করেম্নফমলা?

আইমোন। পাবুংনা হায়বদমক তাজো হায়রবা ঐগী য়াদি তাবিদবা?

ক্রেয়োন। খঙলে। থক্তা লৈরিবা অলিম্পসনা খঙসনু,
লৈথোকলোই ঐহাক ভূমিল্লা ফমত্থনা তাত্থনা নংগী চোইরোনশিংসি,
কনা লৈ, পুরকউ ঐগী নাক্তা হিংচাবী অত্থবু
লোইশিনপ্রসনু মাগী মশরুকসি মমাঙমক্তদা মাগী প্রেমিকী।

আইমোন। ঐগী মাঙদা? ওইথোক্তবনি।
ঐগী ইমাঙমক্তদা লোইশিল্লগদবী মহাকপু?
ভাবিয়ু পাবুং, ফংলোই পাবুংনা ঐবু হিংনা

অরাবা তাগনি শোয়দনা কাণ্ডবুত্তুদা তেংবাংলিবা কত্রবা থবকলিদা
(আইমোন থোকখি)

সূত্রধার। অচুম-অরান্ মশক খণ্ডবা মগাক অসি চংগ্রে কদাইদনো?
নৌবিবা নহাগী অশাউবনি, মহারাজ, অকিবগী মশক্তি।

ক্রেয়োন। চংচখিসনু। শাজসনু মহাক মণ্ডগী দোলান কয়া,
নিংখায়বকপদা মণ্ড অতুনা ফংলোই সুপীমচা অনীতুবু মহাক্না।

সূত্রধার। সুপীমচা অনীতুবু? মহারাজ হাংলগদ্রা মবানীবু পূন্না?

ক্রেয়োন। অচুম্বনি, অশিবা হকচাং শাকলুদবী অতুদি কবিস্ত তৌবিরোই।

সূত্রধার। করম্বা মওংদা হাংকনি অমতুবুদি?

ক্রেয়োন। মহাকপু পুন্দুনা থমগনি মী তাদ্রবা লৈবাক অমগী
চীংলক্না, পীগনি মাঙোন্দা মথরাযতা হিংজনবা
অরানবা পাপকী প্রায়শ্চিত্ত তৌজনবা হিংবা য়াবা মচিঞাক্না,
কোক্লবা লৈবাক অসি হিংনা হিংনা মীহাংপগী দোষতগী,
মফম অতুদা লৈবনি মহাকনা লুনা নিংজবিবা
পাতাল-মপু হাইদাস, মহাক্না থৌজানবিবদি কবিগুম্বদা
মাহুত্ত কৈ, নত্রগনা খণ্ডজসনু মহাক মিকুপ খুনিংদা
কান্নদবা অরেম্বনি শিগ্রবা মীবু লুনা তৌকবসি।

কোরস

স্থায়ী

মূর্ত্তি-ফিজোমদবা এরোস, অঙকপনি নংগী লীলাসি,
মাইকৈ খুদিংদা জয় ওইবকপগী নংগী
নপাউখোলতা মতায় মীওইবনা.
হুহনা চঙলুই নংনা তূমিন্না অথেংবা অহিংদা
তূম্বা য়াত্রবী নুরাগী মফমদা,
লান্দুনা চংলুই নংনা শুকলবা উমং কয়া
মপাল নাইত্রবা পাক-চাউরবা সমুত্র কয়া।

প্রেমগী মৈনা ডাওরবা কয়াদা
পোকহনবী নংনা থিংঙমত্রবা অনৌবা অপাম্বা,
নংগী খুয়াখাদা চঙজরি চপমান্নবা
অমর ওইত্রবা মীওইবগী মেলা কয়া
দেবতা কয়াগী মতীক-মগুণসু য়াওনা।

অন্তরা

মরাইবক ফৈ মহাক অদু নংগী চানবী-মিৎয়েং তারিবা
মহাকী মিংচৎ-মঙালতনা থল্লি জগৎ পুম্নমকসি,
মায়োক্নবা ঙমদবনি নংদি থঙবদা লোইবা নাইত্রবা
মুংঙাইবা পোকই নংনা খৎন-চৈনহন্‌বদা মরীমতা।
মুংশিবীগী মিৎম্নাদা মঙালগী মৈরিনি নংদি
আশাগী মৈরা ওইরি নংনা।
অদুবু হেক্তা তুমহল্লি চাকথেক্‌ত্না নংনা নংগী মৈরিদা।
ঙাম্দুনা লৈরি নংনা মতমচুপ্পদা পোখাত্রবী আক্রোদিতা ওইনা।
(থোঙ হাংদোকলকই। শক্তীশিংনা আন্তিগোনেবু কোন্নুংদগী মোংকম তান্না পুত্থনা চৎখি।)

স্ত্রধার। ইমিং অনীসিনা কয়ারক উথিগনি
খাঙতমত্রে ঐহাক অমুকহন্না উরিবসি মিৎসিনা.
হৌরকলিবা মিৎতগী থিংঙমত্রবা পিগী ইফুৎসিনা
চোংহন্‌থরে মাগী অহিংগী য়াইরেকফম।
চৎখিবসিদা আন্তিগোনেনা লাম্থোক্তনা অতোপ্পা সংসার অমদা—

আন্তিগোনেগী ঈশৈ

স্থায়ী। অমা

য়েংবিন্নু ইরৈবাক মচা পুম্নমক
পোকন্নকপগুম্না সংসার অসিদা

হন্না চৎলবনি ঐগাক লম্বী অসিদা,
অমুকহন্না উবা ফংলরোই ঐগাক
ঙাল্লিবা মুনিংকী অরুংবা মঙালসি
লোইশিল্লকলে মুংথিলগী মতমসু পুন্নমক তপ্না তপ্না।
নিত্রা লাইবেংগী মফমদা হাইদাসনা
য়োংশিনবিরগনি ঐদু অমুকহন্না.
ঐগী পূন্সিগী খুদোলপোৎ ওইনা
ঈংলবা উনগী লমদমদা পীনরগনি ঐগী লৈফম,
আকেবননা বৈতরণীগী ঈথক শেগাদা চত্তকহুনা
ইশাসি মচেং মচেং তাহল্লবগনি ঐগী।
মুংশি-পম্বুংযৌবগী মুংঙাইবা ঈশৈ
তাবা ফংদনা পূন্সিসি ঐগী
তিন্নকনবগনি আকেন্নগা পুন্না প্রেমগী ফঁ সিদা

কোরস্

চৎলো চৎখ্রো, ইন্নবকনি নংগী তুংদা
মিংচৎকী লেংদ্রবা মঙালগী মৈরিনা,
চত্তজরকনি নংগী খুযাদা অবা নানা
থাওশাংগী অথৌবা মথারক্তা
ওান্দুনা লৈগনি নংগী মিংচৎতি লেংদনা
নশানা নশাগী নিযতিগী নাযীকানি নংদি
অশিবগী মোংফম লাম্থোক্লনা চৎখ্রো নহাক চুমদ্রিংনা।

আন্তিগোনেগী ঈশৈ

অন্তরা। অমা

মুংশি-ঈচাউ পোকহনবা মতোম্মতা তোপ্পা লেনখ্রবা তাত্তালসনা
পোকচবী ফ্রিজিয়া লমদমদা লৈখিবী

নিয়োবী হায়বী মচানুপীহুনা
য়ানা খাঙখিবা য়াবীহু
সিপুলস চীংজাউথক্তা অশি-মৈরি-থক্তা
মুঙজাওলক্তা যেৎহুনা পূন্সি মৈরি খমখিবী
উরিহুগী য়াবীহু তাখি ঐস্সু মতম অমদা।
চহী কয়া চুপ্পা উবিহুগী মথক্তা
তাশিল্লকখি নোংগী অকনবা ঈরিক্লা,
খাঙখি মখাদা তাহুনা মহাক্লা
নোংগী ঈরিক্লা থ়ুমখি ম'গী হকচাং,
লাইবকথীবীহুগী মরাইবকতু ফংলগনি ঐস্সু,
তূম্লগনি ঐস্সু মুঙগী ফমুংথক্তা মুংঙাই-তুমখুন তান্দুনা।

কোরস

লাইগী ময়ূমদা পোকখি মহাক্লা,
কায়রগদবা লৈবাক্লশাবা পোল্লোইনি।
তাইবং হকচাং লোৱবী মথোক্কাববী নহাক্লি।
পূন্সিদা শিবগী অরাবা খাংঙর্ম্ব'নি
অহুবু লাইরেম্বী মিংলেম্লি।

আন্তিগোনেগী ঈশৈ
স্থায়ী। অনী

শান্তি পীবীরয়োইদ্রা, লাইবক থীবীসিবু লঙনহুনতা লৈবিরগদ্রা?
ইপা-ইপু হাক্তক্তগী লৈরকলবা নগরগী লাইশিং নখোয়না,
য়েংবীয়ু লেপহুনা লৈরি ঐহাক
মাইথিরবী অমা ওইনা থোক্তনা য়া ঙাংবা,
হিংহুনা লৈরি হৌজিক ফাওবা, য়ৌদ্রি ঐগী অরোয়বা খোঙচৎ,
শিরবা তুংদা ঐহাক্লা শেগাইবিয়ু মচেৎ মচেৎ

ঐগী হকচাং অসি।
ও, পোক্লফম লমদমগী লাইবক ফবশিং, মুপী-মুপা পুম্নমক,
দির্কা ভুরেলগী লাইজ, ভুরেলগী খোঙবাল,
থেবা নগরীগী মুমিৎকী দোলাই চাকাবু
খুমজিল্লিবা অশুকপা উম্নং, কাউবিগম্মু নখোয় পুম্নমক্না
শিঙ্জখিবনি হায়বসি ঐহাক থাঙ-তেন্না শোক্তনা,
পীবীখিবনি দণ্ড ঐঙোন্দা খোইদোকপা মরাল লৈতনা।
পুনবিগম্মু নখোয় ঐগীদমক তেংথানবা
শিম্বরক্তনা মীৎকী পিরাং
লৈবাক লৈমগী মখাদা, শত্রুনা মমলবা অচিকপা মক্মদা
সুঙনা কোইশিল্লবা সমাধিদা চঙলবনি ঐহাক
হিংলিঙৈদসু শিরবদসু ফংলোই ঐদি চঙফম ইমুম।

কোরস

হে লাইবকথীবী লৈরি নমাঙদনা নংগী
লুরবা কোম অমা, থৌনা রাংপগী মথোন্দা
তোংক্তনা লৈরি ইরাপ লাপ্তনা লৈবি বিচারগী বেদী
নক্তুংদনা নংগী নপা-নপুগী শাপ।

আন্তিগোনেগী ঈশৈ

অস্তরা। অনী

পুঙমদবা অরাবা ওইরি মাক্তনা ঐঙোন্দা,
মমাংঙৈগী অরাবা রারীক্তু অহুমলক শিঞ্জবনি
অতৈ করি অমুক রাংলি শিগদবা?
অরাবা তাখি—শাগৈগী নিংথৌলক্তা অহানবা পাপকী
মরায়রক থীখিবনি ঐবু পোকপা পম্মোক্তু,
পাপচেনবীনি ঐগী ইমাক্তসু মপাম্মোংগী অপাম্বা খিংঙমদবী,

করম্না পাপ্তুগী পোকখিবনো মাগী গর্ভদগী
মতমচাদনা মফমচাদনা পামদ-পামদনা।
কয়াদা রানা লেনগ্রবা ইপাগী ময়ুম অত্থুদা
পোকলকপগী অরাবহু খাঙখি য়ুমকৈ অমতা য়াওদনা।
লৈবাক লৈমগী মথাদা হৌজিক্না অমুক
ইতোম্মতা চৎলে হাইরং-হাইরং, মরী-মতাগী নাক্তা।
ইমুং-মহুংগী অশাউ-মৈরিলক্তা নোংগাপ্রবা ইবুংনা
অশিবগী লমদমদগী চিংথুনা পুরি ঐহাকপু।

কোরস

মতীক লৈবা মীগী নোঞ্জ-রাহৈ লৌবদি অফবনি,
নিয়তিগী শক্তিদি মথং মথং লৈবনি
বিশ্ব তাঃবং অসিসু চঙজবনি মাগী খুয়াদা
নিংঙকপদা মুৎঙহনি মাগী মৈরি মশাগী।

আন্তিগোনে। পুরহুনা ইতোম্‌তা অরাবসি
চৎলে ঐহাক ইতোম্মতা
লোয়ননা অরা-চৈথেং ফংলবা থম্মোয়গা,
মরূপ অমতগী মুংশি-মপাউ তাবা ফংদনা
উদনা মিৎকী পি কনাগী মিৎলুদা
চৎলবনি ঐহাক ইতোম্মতা।
লাল্লবোই অমুকহন্না ঐগী মুংঙাইবগী মুমিৎ.
অফবা ওইরগনি ঐগীদি ইঙ্গবনা বিধিগী লমজিংসি।

( ক্রেয়োন চঙলকই )

ক্রেয়োন। পূন্সিগী অরোয়-পুংফম য়োৎরক্তি ঙৈদা
কপ্পতনা অরোয়-পুংফম অহু পুরক্বনি খনবরা?
পুক্লো চৎলু মহাকপু উহল্লগনু অমুক মশকতু

মোংফমথক্তা পুন্দুনা থম্মু মহাকপু
তৌগদবনি শোয়ফদনা ঐনা হায়রিবসিমক।
থাদোক্লদবনি মতোম্মতা মহাকপু
হিংগে হিংসনু শিগে শিসনু
শিরবস্‌ তাত্থুনা লৈসনু অমম্বা মরক্তা
পামুজবা পুক্নিংগী মতুংইন্না মহাক্কী।
শোক্লররোই অমুক ঐখোয়গা মহাক্কা।
অরোয়বা রানি হায়রিবসি লৈফম পীরোই মহাক্কী
মালেম-লৈমা অসিগী মথক্তা।

আন্তিগোনে। মোংফম অত্থুনা ওইগনি ঐগী চঙজফম লৈফম।
মাত্থুনা ওইগনি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা পনফম।
নোঙ্গরুদনা কনাগী মফমদা নৌনা য়ুম পাল্লকপী মৌগুম্না
লৈরিবা মফমত্থুদা ইপা-ইপু. গুরুজন পুম্নমক
পের্সিফোনেনা মশীং লাকওমদ্রবা অশিবগী মরক্তা
অতিথি ওইনা লেলহল্লিবা চংকনি ঐস্ন অভিসারগুম্না।
পুম্নমক্কী অরোইবদা য়োগনি মফম অত্থুদা
নুমিৎকী মঙালনা পৃথিবী অসিদগী মাঙখিদ্রিঙৈদা
খাইদগী লাইবক থীরবী ঐহাক্লা।
খোঙ থাংদ্রিঙৈদা মাইকৈ অদোমদা
পুক্নিং অসিদা ফাওরকই চাউরবা আশা কয়া—
মফম অত্থু য়োবদা ওক্নমগনি ঐবু পোকপী ইমানা
মোমোন্-মায়থোং লোয়ননা, ঐবু পোকপা ইপানস্থু
হয়াও-মায়থোং উৎলমগনি, ইবুংনা কোন্‌বিরমগনি হয়াওনা।
আশা অসিগী মঙালতনা নংগী অশিবা হকচাংদা
ঈশিং খুজোক খুজোক কংখিবনি ঐনা
নুমিদাংরাইদা শান্তিজল ওইনা।

অহুগা য়েংঙু পোলুনাইকেস, নংগী অশিবা হক্চাংদা
সেবা তৌকবগীদমক্তি ফংগনি কয়স্বা মতীকচাবা মনা ?
পাপ অসিগী মন্নুংগী অর্থ খঙলুবদি
পূর্ণ্যগী মশক্তি শোয়দনা।
অহুবু খঙভি ঐহাক, করিগুম্বা ওইরম্লবা ঐনা
নচা কয়াগী মমা, নত্রগা ইপুরোইবমা করিগুম্বা
লান্দা শোক্তুনা শাথিনা অন্নাবা তাহুনা লৈরম্লবদি
অহুগুম্বা মচাশিং অহুগুম্বী মমাহুনা কৈদৌঙৈদস্থ
নিংথৌগী অকিবা যাথং অসি কাউথোক্তুনা
অশিবা মশাহু অমুক্তস্থ ফুমলমলোই।
মাহুগী মরম হংলকলবদি শিগ্রবস্থ অহানবগীহু
অতোপ্পা মুপা অমবু ওইবা য়াই ইপুরোইবা,
কবিগুম্বা ইচা পোকত্রবস্থ অহানবগীহুদা, অনীগুবসিনা
পীবীবা য়াই ঐঙোন্দা ইচা অমা।
অহুবু য়েংঙুদো ইমা-ইপা অনীমক শিগ্রহুনা
লৈবাক লৈমগী গর্ভদা অমুকস্থ ফুমহুনা লৈগ্রবদা
ইবুংনা ওইগনি মশা কয়স্বা পাপ্নীগী মরূদগী ?
নংঙোন্দা সন্মান উৎকে তৌকবদা
ওইরে ঐসি ক্রেয়োনগী মমিত্তা
মহাপাপী হঙোই-তুক্তচনকম অহুনা
অকি-শক্তমদা শাউরি মহাক্লা ঐঙোন্দা।
চুমনা যুমগী মৌবু ওৎপগী মওং নত্তে
মহাক্লা শাউরি ঐগী ইথক্তা মপান্ নাইদনা।
নত্তে ঐদি কনাগীস্থ মৌ মমাস্থ, মরুপস্থ
ইতোম্মতনি ঐহাক, হিংহুনা লৈরি ইতোম্মতা
হিংনা হিংনা চৎপা তাবনি ঐহাক্ পাতালদা।

হায়বু ঐনা কৈদোঙৈ করম্বা লাইদা অধিকার
হেজিন্নুববগে? করম্মা উৎকনি মায়ম্সি অরাবগী মতমসিদা?
করম্মা লাইগী মকমদগী নিজরুগনি চানবিবা?
অশেংবা থবক তৌরুবগা ওইরে ঐদি অমাংবী।
ঈশ্বরগী লেংত্রবা দণ্ড ওইরববদি মসিনা
ঐহাক পাপীনি দণ্ড অসি ফংবদা মতীক চাই ঐহাকী।
মখোয়ন্ন করিগুম্বা মরাল লৈরম্নবদি মতীক ওকপা
ফংবা চুম্মী চপমান্নবা দণ্ড ঈশ্বরগী ঐনা ফংবগুম।

সূত্রধার। হৌজিকসু শীংলি মশাদা মহাকী
অকিবা ফংলবা নোং-মুংশিংতু লেপ্পালৈতনা।

ক্রেয়োন। থবক অসি পাঙথোকপদা শন্ত্রীশিংনা
থিন্থরবদি মাঙোন্দগী রাংনা দণ্ড ফংলোই হায়বিহৌরিসিনি।

আন্তিগোনে। রাহৈ থুদিংমক ঙাংথোরকলিবা
শীংজানা য়ৈবগুমখ্রে ঐগী নাকোন্দা।

ক্রেয়োন। মীওই-পোক্তা থেংনবগুম হিংনবগী আশা থাদোকলো,
ওইদবা মঙাল পীবদি তৌনিংদে ঐগাক।

আন্তিগোনে. ইপা-ইপুবু য়োকপিরকলবী পাঙ্গল চাউবী নগরী,
নগরদা লৈরিবা ঐগী খাংপোক,
খাংপোকপু শেনবিরিবী লাই নখোয় পুন্নমক তারো,
চংলবনি ঙসিদি ঐহাক পুন্নমকপু থাদোক্নুনা।
করিগী অমুক থীন্থরুগনি, চৎলগে হৌজিকমক,
লান্নবনি অরোইবদা নিংথৌ-শাপৈ-মমোমলোই
ব্রতগী পুণ্য ফংলবী বন্দী ওইরবী হুপীনি ঐহাক,
ব্রতগী পুণ্যদা লুপলবীনি।

( শন্ত্রীশিংনা আন্তিগোনেবু পুন্থনা থোকখি। )

কোরস

স্থায়ী। অমা

য়োৎনা কোইশিল্লবা জেলগী মন্নুংদা
লেনখি শোল্লবা হকচাংত্থু দানাএগী
চাখি মল্লাইবক্তা তম্নস্বত্থু মহাক্কী অন্নুম্না
তাইবং-শুমহৎ-ফজবনা দানাএগী হকচাংগী লৈতেংনি
শাখি মাগী হকচাং জিউসনা
লৈতেংত্থুনা সনাগী উফুল মরীক্তা
ফুমিৎকী-মচা ওইনা পীখি মাগী গর্ভদা
নিয়তিগী লিচিংদা পুন্দুনা থম্বীখি মহাকপু।
লম্ভূমদগী হেন্না লিপুন্ কল্লবা
নিয়তিগী মফমদা চেকপলনা কোযশিল্লবা লানবল্লম্থু
অৱেম্বা তাখি ফাওমদনা, নিযতিগী লিচিংদি
অথোবা খুৎলাইদগী হেন্বনি, হেন্না য়াংনা চেনবনি
ফুংশিৎকী মমাংথানা য়াংথ্রবা হিদগীস্থু হেন্না য়াংনা।

অন্তরা। অমা

ক্রুয়াসকী মচান্নুপা এদোনিযাদেশেগী গর্ভদা পোকখিবা
নিংথৌ লুকাউর্গাসকীস্থু মল্লাংবক অসিমক ওইখি,
কদাইদা মাঙখ্রে মাগী অকি-শক্তুমত্থু
চেনখ্রে কদোমদা মহাক্কী নাপল পূন্নমক?
পীখি মাঙোন্দা অকনবা দণ্ড দয়িন্নুসাসনা।
ফুঙলক্তা খুইত্থনা মাওখি নিংথৌগী অৱেম্বা নাপন্দু,
কয়াদা মথৌনা লৈখ্রবা, মহাক্লা দণ্ড পীখি
লাইগী মনাই মাইনাসপু পুজাবিনীশিংদা ইনশিন্দুনা,
মঙ্গল-মশক ওইববী এভিয়ানগী মৈরি মুৎথৎত্থুনা
অঙ্কিবা ফংলবা অমাঙবসি পুৱকখি নিংথৌ অসিনা।

স্থায়ী। অনী

মুঙনা থল্লবা খুৎবা চাঁংলম্লীগী অশুকপদা
শাগৈগী অচাউরম্না ময়ায় কাৱবা
বসকোরাস লৈরি—মাইকৈ অমদনা
মী তাত্রবা সাপলমুদেসসকী লমদমনা ঈংনা চীকনা;
মফম অসিদা আরেসনা উৎখিবনি
মাগী অকিবা কংলবা অশাউ-মৈরি
মরমদি আরেসনা মমীৎমকনা উখি
মরম থোইদোকপা লৈতনা মায়োক্নবা লানফমদা
পোক্নবী মমাগী থৌইনশিন্না লোইশিন্নখি মপূন্সি
অঙাং অনীত্থু ফিউনেসকী, পোক্নবী মমানা
কোৎথোকখি মমীৎ মরীমক অঙাং অনীত্থুগী
মচেৎ মচেৎ থোক্না ককথংখি নীংথিববা হকচাংত্থু
ঈ তৈরবা ঙাংলবা মাগী মখুৎ অত্থুনা।

অন্তরা। অনী

অৱাবা মপোক অসিগীদমক্তা লেনখি অঙাং অনীত্থুনা
কপনা কপনা পূন্সি চুপ্পা, তেংথারি রানা
লৈখিদ্রবী পলেম মমাগীদমক্তা, মতম খুদিংমক্তা
খঙঙমদ্রবা অঙকপনা ঙকহনখি অঙাং অনীত্থুবু।
পোকখিবনি মমাদি এৱেখথিয়স শাগৈগী থাউমৈগুম
য়োকখিবনি মুংশিংকী অকনবা মরক্তা চীংনা কোইবা পল্লক্তা,
অপোকপা মপাগী থম্মোয়দা হৌখি লোইনাইদ্রবা অকিবা নোংলৈ,
স্বর্গগী মমোমনি মহাক্তি, অত্থুবু মাগী মফমদস্থু
লাকখি অমম্বা অহিং, যুগ যুগ খুদিংদা
পূন্সি পূম্বগী মফমদা ফাখিবগুম নিয়তিগী লাংনা।
( তুংগী রা হায়বা ঙম্বা মিৎতাংবা তাইরেসিয়াস চঙলকই মমাংদা অঙাং অমনা লমজিংলত্থুনা)

তাইরেসিয়াস। মুংঙাই মরাং কায়রিদনা ময়াম পুম্নমক ?
ঐখোয় অনীদি লমথুংফম অমতগী যাত্রীনি,
লমজিংলি চ.লিবা লম্বীসি মীৎ অনীখক্তনা,
ঐদি মীৎ তাংবনি, মতেং পীরি ঐবু লমজিংলিবা অসিনা।
ক্রেয়োন। খুরুমজরি খুয়াদা, লাইবক ফবনি সেবা ফংজবসি।
তাইরেসিয়াস।হায়রগে তাউ, অদুবু ইন্‌গদ্রা হায়রিবসিবু ঐনা ?
ক্রেয়োন। হীক্তোকচখিদ্রি কৈদৌউদসু তাক্‌পীবা নম্নাথং।
তাইরেসিয়াস।থোইদোকপা অশোয়বা লৈতেদনা লৈবাক্তী শাসন্দা ?
ক্রেয়োন। মসিগীদমক্তা লমন্‌ তোল্লবনি, ধর্ম্ম কায়দবনা ঐগী ধর্ম্মনি।
তাইরেসিয়াস। চেকশিল্লু, নহাক তোংদুনা লৈরবনি খুদোংথিবগী মথক্তা।
ক্রেয়োন। করম্বা অরুবা রানো অদুদি? থম্মোয় অসি নীকই তাবদা অরাবা রাফমসি।
তাইরেসিয়াস। মমলিবসি হাইদোক্তুনা তারো হায়রগে অংশংবা রাদো।
ঙম্মী ঐহাক তুংদা ঙইরক্কদবা থোবক্কনবা রা অদুগী
মাংজোননা খঙহনবা, খঙডি মরোলসু লাইগী।
ফমলিঙৈদা ঙাইহাক্তী মমাংদা আসন অদুদা
নাকোং অসি য়ৈশিন্না লুপলিবা পূকনিং অদু থুগাইদুনা
তারম্মী হৌরবা খোঞ্জেল খরা উচেকশিংগী
শাহিং চাবা উচেকশিং অদুনা খুজীনগা খুজীন্‌গা
মশাগা মশাগা খোংনদুনা ফুনদুনা লাউনরকপা খোঞ্জেলনা
পুম্‌নিল নিনখি আকাশ অসি শীনবা থুংনা;
অমঙ্গলগী খুদমদু উরদুনা চিংন চিংননা ঐনা হৌগংলুই,
প্রতীকার তৌনবগীদমক ফত্তবা অমঙ্গলদুগী
যজ্ঞগী শীং লৌরুদুনা হৌগংলে মৈকম অমা
অদুবু অবেম্বনা তাখি মন্ত্র যন্ত্র পুম্নমক থীরুবা পেলহন্নবগী
হন্না হন্না হায়সনু লাইয়াম্না পীসনু তাকপিসনু থুন-য়াংনা লাইয়াম্না।
অরাম্বা পূম্বা খাঙসনু—পুজসনু

হিংলি পীকলবা নৌরাগীদমক্তা—
মঙ্গল ওইসনু 'ন্নুম হায়না খঙ্গরি।
ষজ্ঞগী শীংদু লৈরম্মী অদুম শীং ওইদুনা
চাকখিদে মৈদি অমুক্তসু, মীগী হকচাংগী মচেৎ মচেৎ,
খুকউ, ফৈগল কম্না তারক্কুনা চাকলিবা মৈদগী থোরকপা
নমথিগ্রবা অকনবা মনম অমা মমলকখি,
হোৎনরুবদু ঐনা থরায় য়াওনা তাখি অরেম্বদা পুন্নমক।
পুন্নমকীদি উবা ঙম্মী ঐনা, মিৎ তাংবনি ঐদি,
লোইনরকলিবা মুপামচাসি ঐগা, খণ্ডহৌ-উহৌবনি মান্ন পুন্নমক,
ঐগীদমক্তা উবিবা ঙম্মী মহাক্না। থোকলিবা পুন্নমকসি
ঙম্মী ঐঙোন্দা মুপামচাসিনা।
থোকলিবা ফত্তবা থবকসিগী মরদি নহারুবা?
অভিশাপ ফংগ্রবনি ঈদিপাস। হুই, লাঙজানা
চাখি পোকচবা মচাগী শদূম শদূমদু,
ঈ তৈরবা মচিনশিংদুনা মখোয়গী মাংথোকপিখি
মজ্ঞগী মৈফমদা চঙদুনা হৌগৎলিবা মৈদু।
পাউখুম পীখিদে ঈশ্বরনসু যজ্ঞ অমুক কংচবগী !
হায়বা ঙমবরা নহাক কররম্বা উচেকনা
শিরবা মীগী শদূমদু চারগা অমঙ্গল-পাউ পীরোইদগে ?
হৌজিকসু মতম লৈরি, হন্না অমুক্তং য়েংঙু খম্বদুনা,
মীওইবদনি লানগম্লিবসি, লানগম্লিবসিসু মীওইবগী হৌন-লোনচৎনি,
লাম্লিবসি চুমথোকপা হায়বসিসু হৌন-লোনচৎনি মীওইবগী।
খঙলকলগা মশাগী অরানবদু চুমথোরকলবদা অশোয়বদু
কনানসু কৌনদে মহাকপু অপঙবা নত্রগা পাঙদবা।
মরম অসিনা হায়বা ইন্দবা ঙক্কনবা কয়াসু
অপঙবা লিশিং লিশিংসু ঙাকপীবা ফংডি মমৈদা।

শিন্নবা মীবু নহাক তৌরুগনু থওইদনা তাথি-তাওইনা,
করম্বা মুপা থোকপা লিংজেল লৈবগে থবক অসিদা?
ছায়রিবসি ঐহাকনা নংগী য়াইফ-মঙ্গলগীদমকম্নি,
মুংঙাই-য়াইফ মরাং কায়নিংলবদি ইন্দবা তৌগনু হায়রিবসি—
লমজিংবিয়ু মীওইববু অরানবা লম্বীদগী অচুম্বা লম্বীদা
ঐদি নংগী য়াইফ-হীরী কোল্লিবা মীনি মসি কাউগনু।

ক্রেয়োন। হে হম্বুবা, খঙডি ঐসু নখোয় পুন্নমকনা
তমশিল্লকই তেনজৈ কয়া ঐঙোন্দা অরেম্বদা।
ভুংদা থোকলগদবা লাইবাউ চেল্লীবা নখোয়গী
তৌশিন্নবা মিত্রং-ষাদ্রুহু মুন্না খঙডি ঐহাক,
লাইবাউ চেল্লিবশিংনা মশাগী কান্নবগীদমক
ফাওই লাইগী লাইবাউ অঙম্বা উপায় তৌহুনা।
অহুবু পুরক্লুনা পীররবসু সার্দিনিয়াগী শেল পুন্নমক
ভারতবর্ষগী সনা পুন্নমক কৎলহুনা থকখা ওলহল্লবসু
বিশ্বাসঘাটক অহুবুদি ঐহাক ফুমহল্লোই মোংকমদা।
লাইগী শাদোং লাভজানা করিগুম্বদা পুহনা চৎখিহুনা
অশিবা মীহুগী শদুম, শরু য়োপ্রবসু জিউসকী সিংহাসন্দা
লৌনম্বহুগী মশা অহু ফুন্নবা লৈল্লিক অমতসু
ফংলোই কৈদৌঙৈদা, অহুগা খঙজু মসিমসু
ঈশ্বরগী শক্তিনা মীওইবগী পুক্সিদা মতমলৈবা থিবিক্তা
হেক হেক তত্তনা থাবৈ-খরা শাররিবসিসু
থিংবা ঙমলোই মীওইবনা কররিসু।
অসিদসু নত্তনা তাইরেসিয়াস, অতোংবগী রাখলনা লমজিংহুনা
চহী য়াম্লবা অহন করানা অরোনবনি তাকশিল্লি
ওইদবা কয়া কয়াবু কুপশিন্দুনা অরোনবগী মথুমনা।
তাইরেসিয়াস। অরাবনি! সংসারগ অসিদা ভাব তাবা মীসি অমতা লৈখিদ্রে।

ক্রেয়োন। করিবু খণ্ডরবগে? হায়রু করিনো পুন্নমকনা খণবা য়াবা।
তাইরেসিয়াস। অকবা পাউতাক্তি সনানা মমল পীরবস্ত্র লৈগে য়াদে হায়বসি খণ্ডবরা?
ক্রেয়োন। খণ্ডি মাতুবুদি, জ্ঞান রাৎপা হায়বসিনা খাইদগী চাউবা খুদোংথিবনি।
তাইরেসিয়াস। অতুনি জ্ঞান রাংপসিমকনি নংগী খুদোংথিনিংঙাইস্ত।
ক্রেয়োন। রাষ্ট্রগুরু, ইকাই-পীবসি অমুকহন্না খাংঙমলরোই ঐহাক।
তাইরেসিয়াস। ইকাইবা খণ্ড্রিবদি নংনি, নংনা ঐবু মীনম্বা ঙাংবনি হায়ব্রিবা?
ক্রেয়োন। জ্যোতিষিগী কাওবুদি মতমচুপ্পদা শেলদা মিহৌবনি।
তাইরেসিয়াস। নিংথৌগী অপাম্বদি মসিদগীস্ত হেন্না তুক্কচনিংঙাইনি।
ক্রেয়োন। করিনো তাকপীরিবসি কনাবুনো হায়বিরিবসি?
তাইরেসিয়াস। নংনা ফংজহৌবনি লৈবাক, নশানা লৈবাক অসি শেন্নরিবা মীনি, ঐনি নংগী শিক্ষাগুরু।
ক্রেয়োন। দক্ষিনাদি করম্বা ওইদবা ঙাংবা লৌনস্বনো নহাক্তি।
তাইরেসিয়াস। রাহে কারল চনগনু অরোইবা রাতু হায়দ্রিবনি ঐহাক।
ক্রেয়োন। চীরোনদি য়ারোই, হায়বীনিংবতু তেক্তা হায়বীবা য়াগনি।
তাইরেসিয়াস। ঐগী ধম্ম অসিবু নীংবরা নহাক কারবাবনি হায়না?
ক্রেয়োন। খল্লি, নৎত্রবদি কনাগুম্বা অমগী মথুক্তা তাম্বা লাইফদিবীগুম্বনি।
তাইরেসিয়াস। অতু ওইরবদি তারো হায়রগসে।

মাঙদা থোকলিবা মুমিৎসিনা নোংচুপ মায়কৈদা তাথিহুনা
অমুকহন্না হান্নগী লম্বীদা লাকফাৎত্রিদ্রৈনা
ওইরগনি নংগী অরোইবা অহিং।
নংনা পোকচবা নচামুপাহুনা শিজহুনা মতোম্মতা
শিংলগনি লমন শেন্দোই কোন্ননা অশিবা হায়বা শেনবুহুগী
নংনা মাগী শেন্দোনবনি, মাগী মফমদা নংদি
লমন তোন্নবনি মওং অনীদা।

অহানবনা, হিংনা হিংনা নংনা কনাগুম্বী অমবু
অশিবগী পরীক্ষা তৌদুনা থাখি মোংফমদা
শিজরুনবা মতোম্মতা ; অনীশুবনা, নংনা অশিবা মীগী হকচাংবু
ফংফম থোকপা অচুম্বা অধিকার ফংহনবিদনা
মরী-মতা, শাগে-নাতৈ পুন্নমকনা অন্না-তেংথাজবা পুন্নমক
কন্নিমতা য়াইন্দনা লম্বীদা হুন্দোক্লুনা থম্বীরে।
কন্নি ওইরককনি মসিদগী খল্লুবরা নহাক কন্নিগুম্বা ?
চারো নশাগী কর্মফল, নরকী তমথিরবা প্রেতশিংনা,
পাতালগী শাহিংচাবশিংনা ঙাংহুনা লৈরি নংবু,
পীবীগনি মখোয়না নংঙোন্দা নশাগী মতীকচাবা দণ্ড।
জ্যোতির্বীগী অনিংবদু হায়ন্নু থুংলববা মসিনা ?
য়েংঙু হৌজিক, পংকুই কুইররোই ঙাইহাক্কী মন্নুংদা,
পুম্নিনল নিল্লগনি নংগী কোন্নুং মন্নুংসি
অহল-অঙাং পুন্নমক্কী মিকপ-মীরান্তখোলতনা ;
য়ুমলোন্নবা নগরী খুদীংমকনা মখুৎ য়ান্দুনা
শাপ তৌরগনি নংগী নথক্তা, লৈবাকশিং অসিগী
মথরায় কৎপ্রবা শহীদশিংস্থ ফংদ্রি হৌজিকসু
মতীক চাবা সম্মান, শিকারগী শাশিংনা উৎলি সম্মান মখোয়দা,
অচাকপা মৈরক্তা তাবগুম ঈন্নিক তপ তপ
তান্নকলি ঈ, হুই লাঙজাগী মচিন্দগী
শেৎভুনা চাকুন্নবা মখোয়গী শদোং।
ঐগী ন্নাসি হুনি খনগনি নংদি, হন্দকতি
য়েংঙু ক্লাইহন্দুনা নশাগী থম্মোয়, পালহন্নু নংঙোন্দসু
অরাবগী তেনবা, তপনা তপ্না খঙবা তম্মু
অন্না-অনাগী চৈথেং, অনুতাপ তৌরো মাহুগীদমক্তা।
ও মুপামচা, কদায়দা লৈপ্রবগে নংবু চৎলো চৎলসি,

লিম্না মশাগী তৃহু খাইগ্রগা লিন মচাশিংদা
শান্তি ফংঈ্র মতোম্মতা; চংলো চংসি মুপামচা।

( তারেসিয়াসকা মুপামচাহুগা থোকখি )

সূত্রধার। মহারাজ, চংখ্রেদো মহাক, আশাউ-রাহৈনা চৈম্নগা,
করি উপায লৈরি। ইকোক: শন অসিনা মুরিভৈদগী হীনা
পূনভৌ ভৌবা ফাওবসি তাহুনা লাক্লবনি মাগী লাইবাউ
ওইখিদ্রি রাহৈ অমতস্ম মহাক্কী অৱেঙ্গা।

ক্রেয়োন। খওডি ঐত্ম মাহুবুদি লোন্না লোন্না চিংনখি ঐস্ম
মাগী মফমদা ইকোক নোনবদি খাংভমদে ঐদি
অহুবু লৌনম-মাওহনবা নিয়তিনা করিগুম্বা রৈথেকপীরবদি ঐবু
হেন্নহুন পুভমদনা থোক্কনি ঐভোন্দা।

সূত্রধার। মহারাজ ক্রেয়োন, অফবা পাউতাকসি লৌবিযু হৌজিক।

ক্রেয়োন। তাকপীযু করম্বা পাউতাকনো, নোল্লবনি ইকোকসি লৌজবা হায়না।

সূত্রধার। থাগোকপিরো মুপীমচাহুবু, লংশেক্লুনা করিস্থ তৌবিদনা থম্লবা
আশবা হকচাং অহুবু পীবীরো হৌনবী সন্মান তৌজনবা য়াথং।

ক্রেয়োন। মসিনা ফগনি খনবরা নখোয়না ?

সূত্রধার। মহারাজ, পাওথোকপীরো থবকসি থৌন্দনা,
অরানববু ভাকথোকপা হায়বসি ঈশ্বরগী হৌনবী শাজংনি।

ক্রেয়োন। হা ঈশ্বর ! থাজিনবিরে নংনা ঐবু পাওথোকলুনবা লুরবা থবক,
অহুবু পাওথোকপা তারে মসিমক, করিগীনমক্তা ঐনা
গ্রহগী খোওচংকী ওম্নতৈনবদা লেপতুনা
শিকগনি অরেম্বদা হোংনহুনা !

সূত্রধার। লেওপ্লো অহুদি, পাওথোকপীরুয়ো অরুবা থবকসি সনাখুংমক্লা।

ক্রেয়োন। চংলগনি মিকুপ অসিদা, লোয়নহুনা লোয়ন-থময়ীন,
ফংলে য়াথং, অরাপ্পদা লৈরিবা চীংথকসিদা

পায়রহূনা খুৎতা শিঙং, য়োৎপাক হৌজিকমক ।
খঙলুদে ঐহাক হায়দি, খঙলকলে ওঙ্গোক্লা থেংনা
ঐনা মহাকপু পুন্দুনা থমলুবনি হায়বা
পুল্লিবসি মহাকপু থাদোকলুবগে ঐহাক।
অরাবা কয়া মাযথোকনরবস্তু পুন্সিগী লেমহৌরিবা শরুকসি
অচুম্বা অশেংবা সত্য হায়বহূ য়োকথংলুবনা ফরে।

কোরস

স্থায়ী। অমা

অমতনি হায়নৈ অশিংবশিংনা
মথল মথা কয়া থোকপা রাহৈনা
সম মহাকপু মালংবনি হায়নৈ
মিংথৈ চাম চামনা লৈতেংবীনি নংদি,
কদমস-মমোমলোহগী গভগী ঈরিকনি,
ইতালি-থরায় ওইরিবা বক্সগী পাঙ্গন মান্নবা
জিউসকী পুন্সি লননি নংদি।
মোমোন মীনোক্লা লৈতে লি এপেউসিনিয়ানা চামথোকলি নংগী খুয়া থম্বাল
নকনা চেল্লি ননাক্তা ইসমেনাসকী ঈশিংনা
চা-থেংহুনা শান্নরি তপনা হরাউ হরাউনা,
শুমহৎ-মায়থোংনা লৈতেংবী থেবা নগরীবু লৈতেংলিবী
পুপীমচাহূগী মমা, মালেম-লৈদা যৈশিন্দুনা লৈরিবা
লাইরেন ড্রাগোনগী অকিবা ফংবা ময়া-পুন্নমকসি নংগী নররি।

অন্তরা। অমা

নংগীদমক্তা চাকলি উমংগী অতাওবা মৈনা
চিংদোন্দা অনী লোঙলবা অরাংবা চীংগী,

হয়াউহ্না জগোই শারি কোরুসিয়াগী জগোইশাবীশিংনা
তুং-মাঙ খঙদম্না অঙকপা ঈশৈগী স্বরদা।
তারি মখোয়গী মখোঙগী খোঙজিদগী থোকপা
শ্রিং-শ্রাং লাউবা অহৌবা খোঞ্জেল, মখাদনা তপনা চেল্লি
কাস্তালিয়া তুরেলনা লূরবা লাইজনা চোল্লহ্না।
নংগী জগোইগী শউম ফংবদা
চাংলক্লা লৈরিবা আঙুর-হৈকোনশিংনা
মুমিৎ চুপ্পা মিৎকুপতনা হরাও মোমোন তৌনা লেপ্লরি,
আঙুর চরোং চরোংনা কেল্লি তপনা তপনা
নিংজবা আশা থুংলে হায়বগুম,
মপুং ফাত্রিবা লৈরাংশিংনা কেল্লহ্না
লৈরাং খুজোক খুজোক কৎলি
নংগী লুরবা ঈচেলসিদা নংগী মহাজীবনদা।

স্থায়ী। অনী

তীর্থ পূন্নমক্তগী খাইদগী হেল্লবা থেবা নগরীসিনা
খাইদগী পামজবনি নংনা, মাবু পামজরুবদগী
নং অমদি নংবু পোকপী নমা জিউসকী তালোয়না
হন্না লাকখি মফম অসিদা, য়েংঙু অহুবু হৌজিক্তি
তাররকলে মাগী মায়থোংদা অরাবগী মমি,
শোল্লু থোঙলোন খুদিংদা মাগী
অকিবা-মাঙহনবা মন্ত্রহ্ খুদক্তা থাপনা লংথোকথ্রো
পুক্লিং মকপা রাখল, খৌরাংবগী খাংঙমদবা অরাবহ্,
পার্নাসিয়াগী চাংদোন্দা লৈবনি নংদি পার্নাসিরা ওইনা
খঙঙমদবনি কনাস্থ নংগী মায়া পূন্নমক।

অন্তরা। অনী

মঙালনা মৈগুম ওাল্লিবা থরানমিচাকশিংগী মন্নক্তা

নংনা ইহেন হেনবনি হে রাজরাজেশ্বর,
হে অথোইবা লমজিংবা শকলিবা, ঈশৈসিদা
অপুনবগী খোম্বোক্তা তিলহনবিয়ু নংগী ইংলবা
ভগলবা অহিংগী ঈফুৎতুসু—
থুরুমজরি নংবু হন্না জিউসকী মপারী;
লেঙবিরকত্ত নংসু, মাতুক লোইননা নংগী
লাকঙম-ফাঙমদ্রবা খোঙলোইশিংগা,
শক্তুনা লেপ্পনবা অহিংচুপ্পা ঈশৈচু নায়কী সম্মানদা।

( পাউপুবা মী অমা চঙলকই )

কাদমস নগরীদা লৈরিবা পাউপুব। নহাকসু তাউ,
আমফিয়ন নগরগী মীয়ামশিং নখোয়সু মুন্না তাউ,
মীওইবগী পুন্সিদগী হেন্না চেৎপা করম্বা
য়ুমফম অমা লৈরিবগে হায়বসি হায়ঙমদে ঐখোয়।
অতুবু লাইবক হায়না কৌবা অঙকপা থৌওং অমদি
লৈরি পুন্সি অসিদা, লাইবক অসিনা শান্নরি
অরাবা অমসুং নুংঙাইবা মী খুদিংমক্কী পুন্সিদা,
কনাগী মরাইবক্তা করি তমলিবা হায়বা ঙমদে কনানসু।
নিংথৌ ক্রেয়োন্না নগর অসি য়েক্লবগী মখুৎতগী কন্দুনা
মাগী খুবামনুংদা পায়শিল্লকপা মতম অতুদা
নুংঙাই মরাং হৌখি রাজসিংহাসনসু মাগী মতীক-মগুণ উবদা।
ঙসিদি পুন্নমক মাঙখ্রে—মহাকসু মকম খঙখ্রে।
পুন্সিগী নুংঙাইবনা ভুংওইনবিরবা মহাক্তু হিংলবসু মথরাইদি
শিরবগুম্বনি শোয়দনা পামজবা সনা-লুপা, লম্ভুমনা থন্না লৈরবসু,
পুক্নিংগী অপাম্বগী ঙমথৈ লাকঙমদ্রবসু, শেৎচিন্নবসু নিংথৌগী
ফিজেং-লৈতেং, পোষাক, নুংঙাইবা লৈরোই অতুগুম্বা লৈবাক্তুদা,

অশেংবা লৈবাক নংতে মাছুদি মমিদা হিংবনি চুমনা।
লৈগে থল্লুগন্নু অয়েম্বদা শিন্নহুনা মহুৎ
মুংঙাইবগী মহুৎতা মমি ওইনা লৈরিবা লৈবাক্কুগা।

সূত্রধার। করম্বা ফত্তবা পাউ অমা পুব্রকলিবনো? কোন্নুংগী অন্নাবা পাউরা?

পাউপুবা মী। অশিবগী পাউনি, অহুবু অশিবা ওইহল্লিবা মী অহুদি লৈহৌরে অহুম হিংহুনা।

সূত্রধার। কনানা কনাবু হাৎলবগে, হায়য়ু, মীহাৎপনা কনানো, শিরিবনা কনানো?

পাউপুবা মী। আইমোন শিরে, হাৎপা নত্তে মহাকপু শকথঙদবা মীতোপনা।

সূত্রধার। আততায়ীহুদি অহুওইরবদি মাবু পোকপা মপাকুংলা, নত্রগা শিজবরা মহাক মতোম্মতা?

পাউপুবা মী। শাউনিংহুনা মতোম্মতা পেন্দহুনা অপোকপা মপাকুংগী থবক্তা শিজবনি রাজকুমারহু মতোম্মতা।

সূত্রধার। থোকলরেদো চপচানা হায়রম্বহুমক লাইবাউ চেনবা মীহুনা।

পাউপুবা মী। থোকপ্রসন্নু, অহুবু তাকপীয়ু মতুংসিদা তৌগদবসি করিনো?

সূত্রধার। কনানো অসে লাকলিবসি মায়কৈ অসোমদা
থোঙথাংদা অন্নাবগী পোৎলুমনা ননবগী
নত্রা মহাক অসি লাইবকথীবী রানী এউরুদিকে
লাকলিবরা মহাকপু মরম ইলৈ লৈতনা
নত্রগনা তারবা জাংলা মহাকম্নু পাউসি
লৈতবগী যুবরাজ আইমোন?

( এউরুদিকে চঙলকই )

এউরুদিকে। নগরবাসীশিং, ঙাংনরিবা রাছু নথোয়না
মমি-শামি ভাখি ঐগী নাকোং অসিদা

পাল্লাস দেবীগী পূজাগীদমক্তা থোরকপদা।
থোঙ হাংদোক্লুনা কাম্থোরকপদা খোঙসি কোন্নুংদগী
লোন্না ঙাংনখিবা শব্দশিং অহু তাখি ঐস্নু হাইফেং ;
তারুবদা মাহু কোক অসি পুমঙাও ঙাওখি
মীৎতা তন্দন পাইখি অহুনা হন্না চংভুনা
চঙজরুই ঐহাক লোয়নবীশিংগী নাক্তা ;
অকপীয়ু মাহু লোইনা অখাকপা লৈতনা,
লেল্লকলবনি পুন্সিসি ঐহাক অন্নাবা মরক্তা
খাঙজবা ঙমগনি মখল খুদিংগী অন্নাবা হৌজিকস্নু। —
পাউপুবা মী। মহারানী, লৌজরে ইথৌ ওইনা হংগৎচবগী ন্নাকমন্থ,
তমজগনি উজরকপা পুন্নমক, চিৎথজরোই ন্নাহৈ অমতস্নু,
হেন্জিন্নস্নু হংগৎচরোই ওইদবদা, তাহন্দনবা হংগৎচন্নিবসি
ওইদবা মীনম্বা ; হংগৎচগনি অচুম অচুম্বন্থুতা।
মহারাজনা লেঙলম্মী চীংদোনহু তান্না,
পোলুনাইকেসকী অশিবা মশাহুবু
হুই কাঙবু ফাঙবুনা শেং শেংতুনা চান্নিবা,
তাহুনা লৈন্নিবা মফম অহুদা থৌগন ফংজরুই ঐস্নু।
পাত্তালগী যম, প্লুতো, হিংসাদা হৈনরবী ত্রিপথেশ্বরী
লাই অনীসিগী মফমদা পোলুনাইকেসকী মমিং পন্দুনা
প্রার্থনা তৌরম্মী ঐখোয়না ফমথহুনা;
অহুদগী শেংদোকলহুনা অশেংবা ঈশিংনা
অশিবা হকচাংথুবু, য়াল্লুরগা উশা কয়া
নরুবা উমংগী পাম্বীদগী পুন্না পৈশিল্লে ঐখোয়না,
শদোং মচেৎ মচেৎ ময়ামহু চোইজাইননা তারিবা,
শেমলে ঐখোয়না মোংফম অমা, কুপী মমুংদা হাপখি
শেংলবা লৈন্নিক খন্না মাতৃভূমি থেবা নগরগী।
অহুদগী অমুক থিনথবা তৌদনা থিবা চংলুই ঐখোয়না

রাজকুমারীবু, লৈরম্মী মহাক চীংলক অহুদা
ভাইহুনা অশিববু চীংগী লোকসুং অমদা।
খুদক অহুদা ঐখোয়গী মরক্তগী অমনা তাখি
হৌরবা তেংথা-নাওইবগী খোঞ্জেল অমা,
তাবগা খোঞ্জেলহু হংগৎলুই অমনা মহারাজ ক্রেয়োনদা
খোঞ্জেলহু সুংশিৎনা পুরকপা মানবগুমসু তৌই অরান্বা সুংগী তারদা
তেংথা-নাওইবগী কনাগুম্বনা ; খোঞ্জেলহুগী মায়কৈদা
লেঙশিললুরগা মহারাজনা হন্দোরকই কপনা কপনা
"অরাবনিদা! কায়রে থম্মোয়সি ঐগী চিংনবনা
অসুক তমখিবা লম্বীদি চৎলুদ্রি পুন্সিসিদা অমুক্তসু।
খোঞ্জেলনি মসি শোয়দনা কপ-লাউবগী রাজকুমার আইমোনগী।
চৎলু য়েংলুসি চৎলু শত্রী ; লমজিংহুনা লোকসুংহুদা,
য়েংলুসি শোয়দ্রবরা হায়না তারিবা খোঞ্জেনসি
আইমোনগী, নত্রগনা, মিকপ-মিরাওখোললা মসিবু
স্বর্গদগী য়োয়ক্লবা তাইবংদা লাইশিংগী।"
য়েংলুই ঐখোয় ময়াম পুন্না, য়োয়ক্লগা লোকসুংহু
থেংনরুই ওইথোক্তবা অঙকপা থৌদোক অমা।
ফি মতেক অমনা মঙক্তা থৌরি কোংগোই হুকলহুনা
থৌরি য়ান্দুনা শিরম্মী সুপীমচাহুনা, মাগী মখোং মরাদা
কোল্লহুনা মখাংদা কপতুনা লৈরম্মী আইমোননা
মখুৎতা পায়বম্মী লুহোংবগী লৈপরেং
মতৌ অসুমনা মপাবুংবু কিজরবা মরাইকক খিরবা মপুরোইবগা
লোইননা লৈঙ্গিরম্মী পাঙলশোল্লবী সুপীমচাহু।
পুম্নমকসি উরগা মহারাজনা অরাবা খোঞ্জেনদা তাকপিখি ;
"কররিনো তৌরমলিবসি আইমোন নংনা, করি খল্লিবা নপুকনিংদনা?
কররম্বা অরাবা তারবগে নংবু? খোকলকউ মপান অসিদা,

নপানি ঐহাক নংবু পোকপা, নিরি নপাসিনা নঙোন্দগী
ঙসিদি নংগী পুন্সিবু ভিক্ষা ওইনা।"
তারবদা রাসি রাজকুমারনা য়েংলকই হঙ্গোইনা
মহারাজগী মায়কৈরোমদা, হঙ্গোইনা মতিল শিংলহুনা
পায়খি খুহুম চেৎনা থোৱবা থাঙহুগী মখোক্তা,
মাহু উবদা তুংদা হন্দোকলকই মহারাজসু,
চিংথোরকলহুনা থাঙহু থাঙখুমদগী শাউনা
থিনজখি মতোম্মত্তা অথোবা থাঙহুনা
থম্মোয়দা থুমনা, চেনথরকখি মিকুপতা ঈনা রারা
রানা শোর হোল্লহুনা মশা থক থক নীক্লা
মথুৎ অনীনা থাঙফমহু পায়শিল্লহুনা
চেনশিল্লকখি মহাক্লা মুপীমচাহুনা লৈরিবা মফমহুদা;
ঈনা লোখোং চেনখি মফমহু পুমঙাং ডাংনা ...
মতৌ অসুম্না লোইখি পুন্সিহু নজাইবুংঙোগী।
অশিবা অমদি থুংনবা অনীমকতু ওইখি অমত্তা,
মখোয় অনীগী থুংনবগী নুংঙাইবা উৎসবতু পাঙথোক্লবা
চৎখরে মখোয় অনীমক অহিংগী অমম্বা মরক্তা ...
মহাক্কী পুন্সিগী অরাবসিনা লেঙত্রবা প্রমান্নি
মীওই-পুন্সিগী খঙঙমদ্রবা অরোনবশিংসি
খঙবা ঙমদে, উবা ঙমদে, তম্বা ঙমদে মীওইবনা হায়বগী।

( এউরুদিকে থোকখি )

সূত্রধার করিনো। মহারানী অসি য়াম্না থুনা
রা-লান অমত্তা ঙাঙলমদনা হন্দুনা চৎপ্রে,
কনা খঙবা য়াওই মরম করিগীনো?

পাউপুবা মী। ঐসু ঙকই খল্লুবদা, অহুমকপু মহাকসি
থম্মোয়দদি চাকলহুনা মৈনা, খঙদি খঙহন্নিংদবনা

ময়ামগী মাঙদা চংখিরম্বা ভাই লোল্লা
কপচরুনবা মতোম্মতা উহন্দমা অতৈ কনানা।
লোয়ননা কোন্নংগী মীনাইন্নবীশিংগা
লোল্লা ফীজভ মরুমদা কপচনিংলম্বা য়াই
অরাবা হকথেংনববস্থ মহাক নিংথৌগী রানীনি
মশাগী ইজ্জং, কোন্নংগী সন্মানদি ভাকপা ভাই।

স্থত্রধার। খঙত্রে মবনদি, অহুবু কিজ্জে ঐদি গুন্ডোক্লা,
রা ভাংদনা তুমিন্না লৈবস্ত. থম্মোয় কায়বা তেংথাখোলস্থ অনীমক।

পাউপুবা মী। খঙলগনি পুম্নমক থৌজিক্কি, অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ।
য়েংলুগে ঐহাক কোন্নং মন্নং চঙহুনা
করম্না খাঙলিবা মহারানীনা অরাবসি পুহনা।
অচুম্বনি রা ভাংদনা তুমিন্না লৈবা হায়বসি
মুঙগুম কন্‌বা থম্মোয়গী খুদম্নি।

( থোকখি )

কোরস

উরেদনা, অরেম্বা তারবা নিংথৌগী থবকসি, খুজিল থৌরাংসি,
শেমজবনি মথুংমক্লা মশাগী অরাবসি,
য়েংঙু মৈরানবীগুম্বা মীওইবগী পুন্সিগী অরাবসি,
রাখল য়াওব্রবা মীওইবগী থবক্তুনা
অরাবা পুরকই সংসার অসিদা।
( লোয়নবশিং য়াওনা নিংথৌ থোকখি, আইমোনগী
অশিবা হকচাংহু নিংথৌনা পুখি )

ক্রেয়োনগী ঈশৈ

স্থায়ী। অমা

পঙলবা রাখলসিনা নলহঞ্জরে ইথক্তা
পোৎলুম কয়া পাপকী মথংদা পাপ অমগী,

হৌজিক্তি অনুতাপ তৌরি থম্মোয়রসি,
শক্তি পুন্নমকী মবুংঙোনা পুন্দুনা থমলি পুন্নমকপু।
শক্তিগী মবুংঙোসিনা মাঙহল্লি পুন্নমকপু।
য়েংঙু অঙকপা থৌদোক অসি।
উরেদনা নমাংমক্তদা মচা হাংপা মপাবু
মাঙদা লৈরে অসে অশিবা ইচা!
অশিবনা লৌখ্রে যৌবনগী পুন্সি,
পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংগা পাংথক্লি মহাক্তি,
হোন্দোকখিবা শোয়না পাংথক ওইখ্রে অমতা
মপান্দা হুমলিবা মুংশিংকা,
অমতা ওইখ্রে লোলথোক্ত্রবা মুঙগা,
পুন্নমক অসি ওইরবনি পাপ্তনা মপা ঐগী,
পাপ চঙ্ত্রবা নোংগাখ্রবা ইচানি মহাক্তি ঐগী।

সূত্রধার। নীংবা কায়রবা মহারাজসি, ঙসিদি উরকলে অচুম্বগী লম্বী।

ক্রেয়োনগী ঈশৈ

স্থায়ী। অনী

ঙাইখো চৎপা লম্বেল অসিদা
থোকত্রে খোঙসি অমুকহন্না থাংবা,
নোল্লবা কোকসিনা লৌজরি ঙসি
অরাম্বা ভারত্ত অভিশাপকী,
চোকথরবা ঐগী পুন্সিসিদা ঙসিদি
মমশিল্লকলে মমিনা চোকথরবা পুন্সিগী খোঙচৎকী,
চঙহন্‌বীরে ঐহাকপু লাইশিংনা
খুমাখাদা মখোয়গী অঙকপা শক্তিগী,
মমশিল্লকলে মায়কৈ পুম্বা অমম্বতনা শিনব থুংখ্রে,

হোৎনজরুবা পুন্না তাখ্রে অৱেম্বদা ওয়্নক,
ওইখ্রে মুমিৎসু কান্নদ্রবা হোৎনজরুবগী।

( পাউপুবা মী চঙলকই )

পাউপুবা মী। মহারাজ ঙসিদি অরাবতনা থল্লবনি সনা পুক্নীংসু,
মপু ওইরবনি অরাবতনা, লাকলে অতোপ্পা
অরাবা অমসু, ঙাইহৌনা লৈরি ঙসিদি
অতোপ্পা অরাবা অমনসু মহারাজবু।

ক্রেয়োন। করম্বা অরাবনো? কৱম্বা থুদোংথিবা অমমুক ঙাইহৌনা লৈরি ঐবু?

পাউপুবা মী। ঐখোয়গী মহারানী, আইমোন পোকপীহু
স্বর্গ কাখ্রে, লৈথিদবনি হৌজিক্তা
খাঙঙমদহৌনা অরাবগী চৈনা অহু।

ক্রেয়োনগী ঈশৈ
অস্তরা। অমা

কমদৌনা পেলহনগনি নংবু হাইদাস
নংদি মপুনি কাল কৌবা লাই অহুগী
পাতালগী মপুনি নংদি, করম্না পেনবিহৌনা নংনা
হোলহনগবা ঐগী অরোইবা শোরসি?
অকিবা পাউ পুরকলিবা জগৎসিদা হে যম,
করম্বা অরাবা পাউ অমা হুমহৌনা পুরকলিবগে নংনা!
থৌজাল হৈত্রবা নংনা অমুকসু
করিগী মাঙহনবিরি শিরবা মীহুবু?
তমথী-শক্তম্নরবা, করিগী পীরি পাউ অসি
অশিবগী মরক্তা অনৌবা অশিবগী পাউ,
করিগী শিহল্লি মুপীমগাহু, করিগী হেনগৎহল্লি
অরাবগী শাংঙমদ্রবা মৈচাক অসি হেন্না?

পাউপুবা মী। তাবিয়ু মিৎয়েং মহারাজগী সনা মীৎনা।

হাংদোকলকলে কোন্নুংগী থোঙজাও অসি।
( এউরুদিকেগী অশিবা হকচাংদু ফম্বাকথক্তা লৈরম্মী )

ক্রেয়োনগী ঈশৈ
অন্তরা। অনী

হায়রু হৌজিক্তি, লৈরিবগে করম্বা থবক অমা
পাঙথোক্কনা ? লৈরিবগে করম্বা রাবী লীগদবা ?
ইথাদা কোল্লি ঙসি মথরাই য়াওদ্রবা
ইচা ইবুংঙো রাজকুমার আইমোনগী অশিবা মশা !
মীৎ অসিদা উরি মহাক্কী
চীং-লেম্লবা মথরাই য়াওদ্রবা হকচাংনা
মোংহাদনা তুমিন্না তুমলিবসি !
কদাইদা লৈখ্রবা নংবু রাজকুমার !
নতুং ইনখ্রে নংগী অপোকপী নমাস্তু !

পাউপুবা মী। মাঙদা লৈরিবা ফম্বাকথকসিদা লৈরি হীপতুনা,
নিংথেম পোকপী মমাইবেম্মা এউরুদিকে অসি
থিল্লহুনা থম্মোয়দা থৌরবা থাঙগী মরানা।
মিংকী পা অসি পুমচোৎ চোংলহুনা
মাঙজোননা লৈখিদ্রবা মেগরিয়াসকীদমক
মীৎকী পিনা থননা, অহুদগী কয়াদা কপখিবা
কৌরহুনা অপোকপা মচা আইমোনবু।
অরোইবদা অভিশাপ তৌরম্মী মহাকনা
মচা হাৎপা নিংথৌগী মাঙননবগীদমক।

ক্রেযোনগী ঈশৈ
স্থায়ী। অহুম

চিংনবনা, রাবনা কায়রে থম্মোয়সি,
কনা কনা পায়রি খুৎতা

অথোবা থাঙ লাকউ ঐগী নাক্তা
লৌররো থরায়সি ঐগী থিন্দুরা
অথোবা থাঙ অহুনা। অরাবনি
করিগীনো হিংহুনা লৈবিবসিবু ঐনা?
অরাবতনা পুমথন্ থনখরে, পুমকুপ কুপখরে।

পাউপুবা মী। শিরমদাইগী মতমদা মসিমক পামজরম্বা য়াই মহাক্লা
মঙুংলাংগীদমক্তা থরাই থাখিবসি ঐগী
ইচা অনীনা, ফংসমু মাম্ব মাতুগী মহৈ শোয়দনা।”

সূত্রধার। তম্মু করম্না লৈখিদবগে মহারানীহু?

পাউপুবা মী। তাবদা পাউহু মজাইবু ডো লৈতবগী
থিনজখি মতোম্মতা থম্মোয়দা
থৌরবা থাঙ অহু থুমনা।

ক্রেয়োনগী ঈশৈ

স্থায়ী। মরী

ইশান' তৌজরিবা পাপ অসিগীদমক
ইশানা শেমজবা অরাবসিগীদমক,
ইরাল লৈতে খনবিগহু ঐবু,
ঐনি ইচা-হাংপা মুপা,
লংথোকপীরো ঐবু পুহুনা
পৃথিবী অসিগী অরোয়বা ওমখৈদা।
মীচেম্নি ঐদি পামজবা,
পোকপদগী থুরবনি ঐদি
অশিবগী লাং অহুদা!

সূত্রধার। অশেংবনি তাকপীরিবহু, তারবনি মহারাজদি অরাবদা,
থোক্তবা য়াদ্রবা অরাবহুদি

অহুকী মতীক য়াওনা
থোকলিবমখৈ অফবনি।

ক্রেয়োনগীগী ঈশৈ

অন্তরা। অহুম

নিয়তি. কৌজরি নংবু হন্না হন্না.
তোংবিররো কোকথক্তা ঐগী
লেওদনা মতম চুপ্পদা.
পুবিরকলো ঐগী অরোইবা অহিংহু,
মাহুনা ঐগী অরোইবা লম্বেলনি,
উহনবিরগন্থু অমুকহন্না মীৎসিদা
থোরকপহু অনৌবা নুমিৎ অমা।

সূত্রধার। হৌখিবনা হৌখরে, খুংতা লৈরিবা ওসিসিগী মন্নুংদা,
করি তৌনিংগ্রাই লৈবগে মাহুতনি খনগদবা।
অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমতা
লৈতে মীওইবগী খন্নিংঙ্গাই।

ক্রেয়োন। ঐগী প্রার্থনাগী খোজেলসিগা
অমতা ওইনা পূনথ্রসন্নু ময়াম পূন্নমকী প্রার্থনাগা।

সূত্রধার। ডাইবিখো, হৌজিক প্রার্থনাগী মতম নত্তে।
মশক খওওম-উওমদ্রবা নিয়তিগী মিৎয়েংদগী
মীৎকুপ অমতন্নু নাম্থোকপা ওমদে
মীওইবনা পৃথিবী অসিগী মন্নুংদা।

ক্রেয়োন ঈশৈ

অন্তরা। মরী

অরাবনি মীওইবগী পূন্সিসি,
লোইথ্রসন্নু অসিগুম্বা পূন্সিসি অরাবগী,

মুপী-হাৎপা, মচা-হাৎপা মুপাবু
ঙাকপিগনি কনানা তাইবংদা ?
শিজন্নগে ঐহাক ইতোম্মতা
ইশাগী ইথুংনা লোইশিন্দুনা পুন্সিসি।
পুন্থনা চৎলগে পুন্সিসিমগী
খাঙভমত্রবা হুন্দোকপা য়াত্রবা
অকিবগী অমম্বগী অরাম্বা ভাবন্থ ইকোকথকসিদা
( লোইনবশিংগাক্রেয়োন মপাল থোকখি )

কোরস

মীওইবগী পুন্সিসিদা জ্ঞানদগী হেন্না
রাং-চাউবসি লৈতে আতোপ্পা অমা।
বিধাতাগী খোঞ্জেলনা লেম্না হৌনা নিন্নি
মতমচুপ্পদা, মফম অহুদা নোঞবা তাই
ঙকসি মীওইবা ঐখোয়গী।
ঈশ্বরনা চৈরাক পীবীন্নি মহাক অহুদা
রাজাউ-ঙাংবা, নাপলনা মশাবু কাউথোকচবা,
তন্বীন্নি মীওইবদা তত্তনা
পুন্সিগী চহীনা পুবিরকপা
জ্ঞানগী মঙাল অচুম্বগী মৈন্নি।

---

